# থোরিলাংবশিংগী পুন্সেম্ রাহে

"কংলে মাইচৌ তরেৎকী শম্পম্ পুন্সি য়ারী" কংলৈ লৈশেম্নবপা অমসুং চীংঙম্গী মীংথেরোল য়াকাইরোল হায়রিবা রাহে অসি মাইচৌ তরেৎনা য়ুম্ফম ওইবা পুয়া লাইয়েকনি; হায়রিবা পুয়া অসিদা চীংঙম্ লাইগী ওইবা মীথেরোল, য়াকাইরোল মশক তাকলি, চীংঙম্শিংগী হৌরককুম ওমদাই, লৈতাই, লংদাই থোনিরোল চাকচা, য়াহীপ-ফমফম তাইবংলেন্দা চীংঙম্না নমু মাইচৌ তরেৎ ওইনা চোংথোক্তুনা থৌরৈ করম পাংঙমমিবনো হায়বতু মশক তাকলি।

হং অনভি চুমপ্রম পাঙনবা ইদাইরম মারুং লমলেন লোইবী য়া লোয়ঙম থ ই; নোংথৌ তরংলেন শিদবগী লাংওন ওয়রবা পোকলেন পোকপা শাংলেন শাংপ, নোংপোক অপানবা অপান থোয়বীনা লিংথোয়োক লোইবী চীংমাংদা শাথোং ইতুল তমহুনা চীংঙম্গী লাংওন ওইরবা মাইচৌ তরেৎ কৌহুনা শিম্না য়ারাবু নাচৈ কাংঙকএ মমসুং মথি ফো তুনা লাইগী লাইয়েক ওইরবা থোরি খোরবাক পুরাগী য়ারাশিংবু অপংবা তাইবং ঐথোয়দা খোঙলৈ শুরে হায়হুনা তাকপীরম্বদি য়াম্মী; হন্দকী লাংবচকী শৈথারবসু লোইবা ওয়রোই, অতুবু চীংঙম্না য়াম্না তাকপীরবসু অপংবা তাইবং ঐথোয়গী পাত্রনা মীকপনা মপুগী থোজাগ ঈরিকপু খোরি লাইয়েক তাবদা অরাংপা লেহৌরবসু অরান অশোই য়াওরবসু ইপা নাং ইপু নাংপু শক তাকপীনিংইবা কংলৈচাশিংনা তাকপীরকবা থোরিবশিংনা থুরুমজরি।

# মাওক্রম তাকপা


| হীরম | | লমাই |
|---|---|---|
| ১। লৌরেম্বম খোংনাংথাবা | — | ২—২০ |
| ২। গনক খেঙজা | — | ২১—২৮ |
| ৩। নোংমাইথেম লুখোই (লাঙ্গোল লুখোই) | — | ২৯—৩৮ |
| ৪। মোইরাং ললহানবা | — | ৩৯—৪৩ |
| ৫। দেবীপা ( তেপীপা ) | — | ৪৪—৫০ |
| ৬। থারম থাদোই | — | ৫১—৬৬ |
| ৭। শামুরৌ চিংগোং | - | ৬৭—৭০ |
| ৮। চিংঙু শিংগী চক পুথোকপা | — | ৭১—৭৮ |
| ৯। কংলৈ লৈশেম্নকপা | — | ৭৯—৮৫ |
| ১০। পাথংবা মিংথোল পিবা | — | ৮৬—৮৭ |
| ১১। পাথংবনা কম্বাল তোংবা | - | ৮৮—৯১ |
| ১২। তাইবং জিবা পুথোকপা | — | ৯২—৯৪ |
| ১৩। লাইচৎলোন থর | — | ৯৫—৯৬ |
| ১৪। কংলৈ ওমদাই, লৈতাই, লংদাই | — | ৯৭—১০১ |
| ১৫। কংলৈ তুংগী খোঙলৈ লংবা লংজিল | — | ১০২—১০৪ |
| ১৬। কানতুপ (পু) অহম চায়নবা | — | ১০৫—১০৬ |
| ১৭। তুংগী কংলৈ মাবা কাঙলোন | — | ১০৭—১১১ |

| | | |
|---|---|---|
| ১৮। | লৈমরেল মিথৈরোল | ১১২—১১৪ |
| ১৯। | লাইনিংথৌ য়াকায়রোল | ১১৫—১১৭ |
| ২০। | লাইনিংথৌ মিথৈরোল | ১১৮—১২০ |
| ২১। | পান্থোইবী মিথৈরোল (নাহৈরোল) | ১২১—১২৪ |
| ২২। | নোংপোক নিংথৌ মিথৈরোল | ১২৫—১২৮ |

## "কংলৈ মাইচৌ তরেৎকী শম্মলপা পুরসি রারি"

কংলৈ মাইচৌ তরেৎ :— (১) লৌরম্বম খোংনাংথাবা (খোঙ্গনথাবা), (২) গনক থেঙ্গা (মৈহৌবা), (৩) নোংমাইথেম লুখোই. (লাঙ্গাল লুখোই) (৪) মোইরাং ললহনব, (৫) খোংডাংবুল ভগীপা (দেবাপা), (৬) খারম থাদোই অনস্থুং (৭) শামুবৌ চিংগাং মখোয় খুদিংমক চৌংঙ্গ লাওন ভাক্তনি। মৈদিংঙু মোইরাম্বা সনা চাক্তক্তগী কুরুনা তাইবংলেন অসিদা মাইচৌ কয়া ওইনা লাংবনিংংগী রাখল লীরোল লৈরকই। অসুম্না, হীরি অসি লৈরকপনা মাইচৌ তরেৎ অসি মহাক্কী খোশিল খোদাদগী তাইবংদা লাওনা হুইন তম্লক্লে। অসুম্না, অতিংকোক কুরু অমদি মহাক্কী শংয়া করাদগী লাংওন ওইখিবা চৌংঙু মাইচৌশিং অসনা তাইবংলেন্দা তিল্লিখৈদা পাংলপা থোদাং-খোওং, মতিক-মঙাল খরদং নিংশিংতুনা শয়লপা থোগনজরকে।

# লৌরেম্বম খোংনাংথাবা (খোঙনৈশ্রথাবা)

হে, চীংঙ্গ খোইয়ুম-ও !
তরং লাইঙ্গদা তাওব-ও !
পনথৌ হায়নবু মিঙ্গৌজগে
নোংথৌ তরংলেন শিদব-ও !
নদাইন্নেম রাংমচানবু
পুনেমজরকে কুবিয়ু ॥০॥
হে, তরং অতিংকোক
ইপুগী কোলোয় মুংশিবা
নোংথৌ তরংলেন শিদবা
মালং ইপোমদা তাওব-ও !
তরং লাইজ ঈপোমদা তাওব-ও
নংগী শৈহেক মুংশিবা
ইপুগী কোলোয় শকওম্বসু
ওইজগে; ওইজগে ॥০॥

অতিংকোক কুরু শিদবগী থৱায় মিরেলমকা তাইবংলেন্দা লাংওন তৌজুনা ইং কুমজা ১২৭৫ লমতা থাগী ১২ পানবা নোংমাইজিং (অমাইজিং) কোরৌ নোংদা লৌম্বেম শাগৈদা খোংনাংথাবা অসি পোকখি। মহাকপু পোকপা পম্বোগী কোলোয় মিংলেনদি খুনপুরেন অম্বুপা (রাংথৌবা) হায়না খঙনৈ ॥ মহাকপু পোকপী পলেম ইমাগী কোলোয় মিংলেননা লৈমা ইরেনতোম্বী কৌই ॥ মহাক্না পোকখিবা নিংথোয়োলদি মোইরাঙ্গা সনা হাজজলি ॥

খোংনাথাবগী হৌরককম থুনলেম্দি লৌরেম্বম লৈকায়দনি (লৌরেম্বম লৈকায় হায়বসি খোবাললোমদনি) ॥ মহাকী অঙাং নবা ওইরিঙৈগী কোলোয় মিংলেম্দি থঙবা (থঙপা) কৌই ॥ অসুম্না কৌখিবগী মরমদি মহাক অসি অমদু ওইরে অমবু ওইরে ইথঙদা থঙই ॥

মহাক্না লমনম অসিদা নোংমা নোংমগী চাওবা লেপতম ফারকত্তুনা নিংথৌরোল কথাগী থৌদাঙ্ দৌরমথি ॥ মহাক অসিবু খোংনাংথাবা কৌখিবগী মরম অমা লৈ ॥ কুরুনা লাংওনবা মহাক মশামকম্ মাগী খোমলেন মঙলান্দা তাইবং পুম্বা উহনথি অতুগা হায়রক্নী, "পাম্রি নোংয়াই শীংখোং ম্রিনা য়ানা কোংওবা, তেন্না তেন-তেনকাপ্পা, অরাং কৌক্রু অম্বুপ্পা, লীরুং তেংগানা হংওইপা, ঙংঙোই শেকনিংনা য়াংঙোইপা, তেংলী উনা উঙমপা, অরাং কৌক্রু অম্বুপ্পা য়ারক্কী শিনথরকপা অরাম্বম ঈ-দি রাইচেং-ঈ কৌই। ঈ-না নোংতম রাংঙম লোনপনি, নোংতম হিংচুনা মোইরাং শনখোং পাংবনে ॥ শিনথা য়ারাবু খোম্রেন মংলান্দা চিংগোইরমগে, পামেল অমবু নহাক থাওকো, ফুকদবা পামেল মকমদি য়ারক্না অরাং কৌক্রু অগুপ্পা য়ারক নোংথক ঈনা হুমওইপা; হংনা চিনা-চীংওবা তিং তিং লোংতমপা, লোংলৌ চিনা লৌরেম্বম ঈ নোংয়াইদা চঙবা খোংম্নুং-ইম্নুং লৈম্নুংদগী মালেম্ব তরংথক্কা পামেল অমবু হৌরমগনি নোংয়াই-ও; হৌরমগদবা মকমদি কংলাম্নুংগী মুংয়াইদা খুমন ইঙ্কুংদা রাজেহি খোঙাও, লাইজ ইপান্দা হৌরমগনি। এ। মতু কুরুগা [illegible] অসুম্না

য়ারা লিরোল অসি মশুলান্দা পীরম্বদগী মহাক্না খোংনাং অসি ফুক্সুত্নুনা থাখি। অত্নু নোংদগীদি মহাকপু খোংনাংথাবা কৌখ। মহাক্না থাখিবা মফম অত্নুদি ওলদ কাছার রোডতা চৎলগ, লৈপা "খুয়োন হাওবা" হায়বা মফম অত্নুদান।

অমরোমদা মৈদিংগু খাগেম্বা মহাকী মোংবা শগুলেন তমা শাননবা থৌরাংগীদমক অখণ্ড-অহে কয়া তানত্নুনা মনাই মশনশিংদা য়ারোমখি। মোংবা শগুলেন অসিগী উরেপ যাত্রা) হুম্বনবগী থৌরাং তৌবক্নে। মনাই মশনশিং অত্নুনা উরেপ উপুল অত্নু নোংদা লারেন পাথওবা ইবুংঙোগী শমু তকচাং য়াংবীথক্তুবু তৌরুরে। নিংথৌনা মনাই মশনশিংগা লোয়নননা উরেপ (যাত্রা) হুনখি। উরেপ অসি হেক য়ুংখৎলুবদা লাইজ ঈপোম ইহৌরকপগুম লাইজ ঈখেংনা বা রা লেপ্পা লৈতনা থোরকখি—অণ্ডকপা ওইনা লৈবাক মীয়াম্না থেংনৈ। নিংথৌম্বু লৈবাকী করি ওৎরক কদগে হায়না চিংনখি লোয়নননা অরা হিদোং লাংত্নুনা লৈখি। লৈবাক মীয়ামম্বু অবা হিদোং লাংখি। অমরোমদা, কুরুনা মাগী শানৌনা ওইরবা মচা চরৈতোনগী শমু নঙন্দা উরেপ (যাত্রা) অসি হুনজিনবুবদগী লেপ্পা লৈতনা থোক্লকপা ইখেং অসি উৎদগী মচাগী অরাবা কন্নবা লৌরেম্বম খোংনাংথাবদা খগুহনখি। অমরোমদা, কৌবৌ মশীং নাইদনা লাইজ ঈপোম হৌবগুম লাইজ ঈখেংনা অরৎপা লৈতনা চেন্থত্নুনা লৈরবদা নোংদা লাইরেল পাথওবনা অবা হিদোং লাংত্নুনা ওন্না থোইনা থাংখি। তাঙ্গা অসিদা কুরুনা লাংওবা লৌরেম্বম খোংনাংথাবা হায়নম্বু মিঙ্গৌরবা,

মহাক্তী অমেংবা মিংথি খোঙচৈথবানা কৌই। কবানফু কৌখৎলুরা চৌথবা মচোমমতা মাকোই খোঙ্গাকপনা চকলাক্নবা চৎলকখি। মহাক্না নিংথৌবা হায়রকখি—পুরুমজাক্তি দিরেম ইদুংজো, ইপু পাখঙ্কবগী শমু নঙ্গলদা উরেপ হমজিন্নবিয়া অদিমু লাইবা প্রথম করিমত্ত চৌবীহৌরক্রনে? ইনিংথৌ ইমুংজো।

চীংঙু খোঙচৈথাবনা অমুক হন্না হায়খি—লৈবাক অমম্ভবা নাইবা য়াথনি। লৈবাক চাওমরু করিগী অম্মা ইপুগী শমু নঙ্গলদা উরেপ হমবরগে? নিংথৌনা অপাওবা ফিংহৈদা—ইপু খঙপম্‌দি, নহাক চৌমা! খোঙচৈথাবনা—নিংথৌ ঐহাক্না খৌরে নাগে অওম্বা চেংহুংহল্লগে। মহাক্না নিংজ্জবা চাংঙু অমবু অহুম্নুক খাগোমজরগা য়ায়া অম্না শোন্নুন্না উরেপ অসি ইয়াই লাইরা ফুক্তোক্লগা খা ওয়া থম্মী। লেইরনা অত্তোপ্পা য়াম্বা অমনা ইবুধৌগী শমু নঙ্গলদগী মরেপ্পা। কৈতনা চেম্বরক্লিবা লাইজ চৈথেং অম্নবু অহুম্নক খক্কহন্নখি। উরেপ অম্ভু মালেমথক্তা ওন্না-খোইনা ভাইহাক লৈরমগা খা পাংবা পাইথিহনা খোঙ্গাক লাইজ ইরোলনুংদা অহুমক চুপখি। থোরোক অসিগী তুংদা নিংথৌগা চীংঙু খোংনাংথাবগা য়াম্না নীয়োম্নখি। নিংথৌনা—ইপুন্না য়াম্না অসি ফুক্তোক্লবনিনা ঐহাক্না লৈনবা খোংবা শগুলেম অসিগী উরেপ ইপুন্না হন্নবিয়া তারে।

চীংঙু খোঙচৈথাবা মরুপুকনা ভাইহাক বাপ্রল চৌহুনা মালেমথক্তা য়েংহুন্না লৈ।

নিংথৌনা অমুক হন্না—ইপু নহাক্না উরেপ অসি ফুক্লবনিনা অনৌবা উ অমনা মোংবা শঙলেনগী উরেপ অসি ইপুনা হুনগদবনি খোঙলৈথাবা—ইনিংথৌ থৌরৈ অসি কোয়ৌ নোংমা পাঙজরগে, অমুম্না চিঙ্গোইরম্লগা খোঙলৈথাবা মদাইরম তাম্না হুনলাক্লে। নিংথৌনা মহাক্কী কংলা ঈনুংদা—ঙসি তৌরম্লিবা থৌওং থৌদা অসিদা অঙকপনি থন্দুনা অচুম্মক লৈহৌরে।

'কোয়ৌ খন্না লৈরগা, নিংথৌনা মনাই—মশনশিংদা নহাক নোংগী থৌরম তৌরম্না ইপু অচুগা লোয়নননা লৈবাক্কী অখঙ অহৈ পুন্নমক কৌথংলু হাযহুনা শিন্থ'রকই। নিংথৌগী য়াম্রাদি মালেমথঙ্গা তাক্দবনিনা কি-ভুকচবা ওইনা মনাইশিংনা যাম্না রানা ইপু অচুগী লৈফম থিরকই, অচুবু থিবা ফংথিদে। অচুবু, লৈবাক্ক পুংজাও থীন্দুনা য়াম্না পাউজেল অসি লাওথোকপদগী দি খোঙলৈথাবা মথকতা কংলাদা য়াঙ্গোং খোঙ্গাররকই মহাক্না মফম তাক্লুনা উরেপকী উ অচু ইরাই কোংবৌ নোংদা হৈরং লৈহেক তমহুনা থৌনিজরগা থাংজ কোয়ৌদা য়ানলে। মফম অমা পীহুনা উরেপ অসি হুন্দুনা নিংথৌগী মোংবা শঙলেন অসি শেম শাথিএ। খোলৈথাবদি মোংবা মরানয়াইদা হুনখ্রগা মাগী খোংনাং অচুগী, থৌগল তৌহুনা লাইনিং পরৈ চেৎনা অচুম্মক লৈথিএ।

খোংনাংথাবনু করম্না খোঙলৈথাবা হায়না মিঙ্গৌনথিবনো হায়বগী লীয়োনহু অমুম্না শেংদোকচরকে।

মহাক্না থাজবা খোংনাং অসি কোরৌ থুদিং শেম্নজে, অস্নুম অস্নুম চাওরকপনা শাম্বা শারেপ ফারকএ। শমু পাঙ্গল কন্নকপগী পাংথক্নম চাওবা মপুং ফানা নোংতম রাংথৈরকএ। অস্নুম্না, মপুং মরৈ কারক্লবা রাংলেনসিদা ঙসি কোরৌদি ঐহাক্কী মালেম লৈদা তারকপা কোরৌনি। মহাক্না থাবা খোংনাং অসি সেবা তৌগে হায়দুনা থুমন ইন্নুং হৌরকপগী তাঙ্গাদা খোঙ্গারক্লে। রাংলেন অসিদি মন্ত্রি-মন্ত্রিদমক তৌরবনি, অদুবু পামেল থাকমদা পামেন্স অদুবু মহাক্না উবা ফংলমদে। খোংনাং অসি লৈরমদ্রব-সিদা, ঐনা থাবা খোংনাং অসি কদাইরাইদনো হায়দুনা লৈনা য়েংদুনা লৈখি। অদুদগী মহাক্না থিবা ফংদ্রদুনা মোংবা শঙলেন্দা অদুম খোঙ্গারক্লে। অস্নুম তৌনা থিবা ফংদনা কোরৌ মঙা তরুক্নি হৌখি। খোংনাং অসি তাইবংনা থঙদবা অঙকপা থৌওং অমদা লৈরম্মী। উপাল (খোংনাং) অসি মঙাং য়ুথক্কী লুরাং য়ুথক কাওবা লেঙদনা অদুম লৈ। থুমন য়ুথক হেক য়োবগা অদুম্মক মাংখি। নোংমা কোরৌদি খোংনাংথাবনা— ঙসিদি খোংনাং অসিগী তৌরিবা মওং অসি লুরাং য়ুথক্কী শেম্নদুনা লৈরগে থনখ্রে। কোরৌ অদুগী লুরাং য়ুথক অসি লৈকাই ঙাইহাক কোইথোকলুরগা রাংলেন অসি লোইদ্রিবৈদগী খোংনাং মথোংদা চংদুনা চীংঙু মাবু নীংদুনা লাইনিং পরৈ চঙখি। লাইনিং পরৈ তৌদুনা য়াম্বা শোম্না শোম্না খোংনাং মথোংদা কোন্দুনা অস্নুম লৈরকপসিনা থুমন ইন্নুং য়োরক্লে। রাংলেন অসি য়োরক-পদা খোংনাং অসিনা থল্লকই। ঐগী ইনাই ওইরবা অসিনা

অহুমগীদি মহাক্না চীঙ্‌ঙ্গ ময়ামগী মরক্তা চংহুনা চীংঙ্‌শিংবু শুনেমখি।

বাংলেনশিরা কুরনা —

হাই। হাই। নোংয়াগী শাবী পাথোও লোইরেঙ্গম খোংনাংথাবা। অসি (এসি) কে'রৌ নোংদগী নোংয়াই নংগী কোলোয়দি ইপানমে মতমগী "খোঙলৈথাবা" হায়না টিংগোইরবানিকৌ -নোংয়াই। নহাক্তী এগী ঈশাবীনে। কুরনা পীবা পরম অসিগী মকুং-ইরা মাবু খোঙলৈথাবা অমুয়া মিঙ্গৌনখি। মতমগী খোঙ'লা শিঙ্গ খুদিংমক চিঙ্‌ঙ্গ মহাকা শিম্মারম্মী। মহাকসু চীংঙ্‌শিংগী মায়া তাবা য়াওরম্মী। অহুমগী মতম তাইহাক লৈরগা খোংনাং অসি থক থক মীকপা হৌরক্লে। চীংঙ্‌ খোংনাংথাবনা খোংনাং অসি অমুক পাইথদোরীসমাল্লে হায়দুনা ফন চোংশিন্দুনা কোল্লি। খোংনাংথাবনা চীংঙ্‌ ময়ামবু থাগোল্পা খোংনাং অহুনা কোয়েথক্তী মালেমদা অমুক পাইরকপুহুদা য়াওরকই। খোংনাং অহু হান্নগী মতৌ গুম হৌদুনা পোথাখি।৫ মফম অসিদা অমুম পোথাহুনা লৈবাক্নদগী য়েন্দা অঙনবা শজিরা মুগাইনা ঈচিক হুক কাকয়েননা য়েনখোং তুমকপা কোরৌ মশেক্তা য়ৈরকবা বালেন্দা খোঙলৈথাবা অসি মিকুপ থোকখি। মহাক মোংবা শঙলেন্দা হল্লিরক্লা।

অসিগী তুদা কোরৌ নমনি লৈরগা ঈপুনা ঈপা ঈবুংঙো থৌনিরুদে হায়দুনা কংলা মুদা থোক্লারকই। কংলা মুংশিদদি মাইচৌ তরেৎ কী মহুং অনবা অহুগুমলবা মুকগী য়াইবিরেন্দগী

চোংখোরক্লবা মোইরাং ললহানবা হায়বা মাল্লৌ অসিনা খোরৈ খোদা মপুং ওইনা পুহুনা লৈরম্মী। মহাক অসি নিংথৌগী ৱাৱাদগী অখণ্ড অহৈ ওইনা কংলা অসি ভাক-শেন্দুনা পুরম্মী। চীংঙু খোংনাংথাবনা লাইকম ১০৮ অসি থোংগল তোগে হায়দুনা কংলাদা খোঙ্গারকপসিদা খোংভাকপা অমগী মতৌকুম মোইরাং লল-হানবা অসি লৈরম্মী। মহাক্না খোংনাংথাম্বু তরাম্না খৌশিন্দুনা কম্মীরতুনা ৱারী ৱাতাই শাম্মি। ললহানবা— মরূপ, করি থৌগী খোঙ্গারকপনো? খোংনাংথাবা— মরূপ এই চীংঙু থোংগল খর তোগে হায়দুনা খোঙ্গারকপনি। চীংঙু খোংনাংথাবনা অসুম মথং মথং চীংঙু থৌনিজদুনা খোরৈ খোদা তোরকই। মহাক্না তোরিবা খোরৈ খোদা অসি ময়ামগা ইমান মান্নদে। মহাক্না চীংঙু শিংগী থৌনিরোল খোদা পাঙলিবা অসি ললহানবনা লাপ্তুনা য়েংখি। খোংনাংথাবনা লাইকম ময়াম অসি লোইদুনা কংলাগী মপুরেল নোংদা লাইরেল পাখণ্ডবগী থৌনিরবপা লোইরদুনা থোরক্লে। সোমদনা মোইরাংললহানবনা মহাকী থৌনি-রোল অসি মওং অমা ওইনা তৌই। ঙসিদি মহাকী মমাংদা ঐগী হৈজবা ইহৈ অসি খরদং উৎকে হায়দুনা ঈশিংপুন অংনবা অমা শোক্লগা ইপুন অসি মনিং হন্থোক্লগা লাইজ অত্থুদি ময়েং ভাহন্দনা তনিক তনিকনা থমই। তৌরম্লবা অসি খোংনাংথাবনা উরে অমসুং খনখি—মহাশয় করিনো নহাক্না তৌরম্লিবা অসিদি! মহাক্না পুন অত্থুদা অমুক য়েং ললহানবদা অমুক য়েংই। খোং-নাংথাবনা—ঐসু মতাং অসিদা খরদং খণ্ডহজ্রবদি, মহাক অসি

লৈবাক অসিদা হাপ্না নাপম কাগদৌরে, থৈনা লৈভেং হাপকদৌরে। পাংনা ছিঙ্গম লাংগদৌরে হায়বগী পাংথকপম মহাক্না লাইজ ইপূন অসি শিংবনা লাইজনা পুনগী মওং অহুম্বক ম'য়া থিনখি। মোইরাং লনহানবনা—ইস, হায়বা অঙকপা থাখলগা লোইবনা কদ্রিনো? ঙসি তৌরিবা মতৌ অসিদি হায়না পাইমা থাখলদা মিপাইবা হৌখি। লনহানবনা মঙক্সা চরৈ থিবু খেঙ্গনা খোংনাংথাবদা "য়াম্বুং" হায়না মিঙ্গৌখি। মরাক্তা ইথংখি-ঙসিদগী ঐনা য়াম্বুং কৌরগে। থংমু নাওকুমা অঙ্গবু মহৈ শিল্লা কয়াদা পৌনিরোল কয়াদা খেঙবনিনা য়াম্বুং কৌজবনি। ঙসি কে'রৌ নোংদা য়াম্বুংনা তৌরিবা থৌরৈ থৌদ' অসিদি অঙকপা অমনি। য়াম্বুংবু চিংনজরকবদগী ঐগী থৌরৈ থৌরম্বা অসি তৌজরকবনি। অদুম হায়রুদুনা মোইরাং লনহানবা মঙক্সা চরৈ খেঙ্গনা থৎলখি। অদুম্বা, ইপু খোংনাংথাবনা তাইবংবা ঙক্না থোক্লবা, তাইবং কনানা ঙমহন্দ্রবা থৌওং কয়া তৌরম্মী। থৌরৈ থৌদা পুম্নমক অসি লিশাংশিংনা পজবগী ইতিক লৈরদে।

অমুক্তংকসু, গরিবনিয়াজ ( পামহৈবা ) হায়না মিঙ্গৌরবা নিংথৌনা মনাই-মশনশিং থাক্লুনা কংলৈগী মাইচৌ ওইরবা ইপু লৌরেম্বম খোংনাংথাববু কৌথংহল্লে। নিংথৌনা য়াবাক্কই—ইপু ঙসি কোম্রো নোংদি ফুবাল্লা লমজমদা উতোংচাক চাবা চংলুসি। খোংনাংথাবনা খোলবকপা য়াহৈনা য়াম্বা চিজোইরকই-নিংথেম ঙসি কোম্রো নোংদি য়াজোই খোংকাপ নাহই ঙমবু

য়ৌশিল্লে। হি অছু পাংপানদা পুনশিন্নুনা থনমগা মখোয়না কুম্বালা খুলেনদা চংহুনা "চানবা" কৌবা নমু অমগী য়ম্লানয়াইদা চংলক্লনা উত্তোংচাক চাননবা লৈমা য়াম্বাবু লিয়োম্লখি। শান্তিদাসনা কমেন্দা কমথ্রে, চীংগু খোংনাংথাবনা নাকথগী উখোংতেন মনাক্তা কল্লে। নখোল থোমাইহিবা অমদি নিংথেমজি চানবগী মংশোক মাংদা কমখিবদা মঙাইয়ি। শান্তিদাসনা খোংনাংথাবদা য়াম্লাম্লকখি—ঙয়াংঙগী নাম্বা নহাক্লা চংহুনা উত্তোংচাক অসি চাননবা শেম শাক্লম্লো। খোংনাংথ'বনা খুম্লকখি—ঐবুদি অঙাংনি হায়বিরে নঙদি চহি কয়াদি ঙজরে; শান্তিদাসনা খুম্লকখি—সে, সে, ভাউসে ঙয়াংঙগী অচাং অা! লক্কা লাল নংত্রিঙৈগী মমাংদা লাল ত্তৌনবগী কিরাল পুবা ঙল্লে ঐদি। অছু তাবদা খোংনাংথাবনা ইশি-শিনা নোক্ক্লনা—অছুননিদনা নংনা অছুক নচিন থীম্লিবদি। অছুঙৈ নংগী লৈকায়দা মহিয়ানি হিংচাবী কোচাবীনা চাহুনা খুললেন তাকশিল্লক্লবদা নপু ঐনা মালেম কোইয়কপদা থেংনহুনা হিংচাবী মাবু ঐনা হাৎলগা খুলেন অছুগী অয়াবা কোকপীয়মনি। মতম থম্লা লৈম্লগা থাবুম তম্লা ন উপুহুনা নমানা পোকপা ঙমজ্রবদা নপুনা নমাগী অবাবছু কেকপীয়মনি, অছুদস্তু নত্তনা নমীংস্থ থৌনবীয়ম্ম হায়মবদা—নপোক নম্নি কবা নায়ানি, নংগী চাদা নাউদানা তাইবং শলাই শকপদৌরি হায়বদগী নঙগী নমিংবু শান্তিদাস হায়না থোনবীয়মলি। মতম অম্নুমা মপুনা তরংলেন্দগী ইথং থংহৌদনা লাউরকখি। ইশাবী নোংয়াই—ও, তাউচ্রো .........। অছুদগীদি ইপুদি কমকমাংলগী ঙহহনা চুমি

মথাদা লাইবক। য়েশিন্দুনা অহুম তাশিলে। মতুম অহূনা ইপুগী থৱাই মিরেলনা থাংজা (শনি) তরেংকা লোয়ননা ঙাপ্রম চীং-জেন্দা য়াম্বা লিংরোম্নখি। ইপুগী থৱাই মিরেলনা শনি তরেংকা য়াম্বানৈ নখোয় চংলকখিগনু। মতমগী খোঙলৈ থাবা ঐহু লৈবা লৈনা ............ ॥ ॥

মতম অহূদা নিংথেম্না – ইপু কৱি তৌরে হংলকলবদা, ইপুগী থৱাই মিয়েলসু চংশিলক্লে। ইপুনা নিংথেম ইপু কৱিসু খোইদোকপা তৌদে, অহুবু (মথৱাই হুংনাংবা উত্তনা) নিংথেম কংলৈ সনা লৈম-য়োনসি শাপাউ-লানপাউ কনগদৌরি, সনা লৈময়োন অসিদা শনি তরেৎ চংলক্তনা কংলৈগী নমুশিং অসি মচেৎ-মচেৎ তানা নাকপাক ইপাক তাম্নগদৌরিনহে। অম্বুম্না য়াম্বানহুনা বাংলেন ভাইহাক লৈরিঙৈদা কংলা পুংতম্না খোংকাপ নাহই তমশিনম্রে। ইথং থংহৌ-দনা অমুকসু মপুনা তর লেন্দগী লাউরকপদা—ইপুগী লাইবকসু মালেম লৈদা লৈতাইরে। মতমহূদা ইপুগী থৱাই মিরেলনা চোংথোক্তনা অম্বুম য়াম্বানখি – হে! শনি লান থাবা তরেৎমক রাংলেন খোইরে য়েংহুনা লৈবনি। অহুবু থোংরে য়াবাবু ভাইখোং হায়বসি য়াবা কৌবা লৈতনা শনি তরেৎমক কংলা ইম্বুং য়োশিনম্রে। থুদক অহুমক্তদা কংলা মৈ চাক্লে। পরিবনিরাজ নিংথেম:--ইপু কৱি তৌরে হংলকপদা চোংথোক্লবা ইপুগী থৱাই মিরেলনা অমুক চোংশিলক্তনা-নিংথেম ইপুনা কৱিবু হায়না পাউদম্নসিগে – হৌজিক কংলা মৈহৌরে। গরিবনিৱাজ অঙকপা মতৌনি খন্দুনা লৈ।

মহু তাবদা শান্তিদাসনা হায়রকখি—মালেম লৈদা ঈখেং

ভাবামথৈ শুঙ্কিল্লগা, কংলা মৈহৌরে হায়না নচিক খীবা য়াম্না কাল্লিগী? অসুম্না য়াংলেন ভাইহাক য়াম্না লিরোম্নরিবা মিংথেমগী মনাই মশলশিংনা সেনা কোম্ননে মচগী য়াম্নোই শগোল ঙোংলুমা ফুখাম্নাগী চানবগী মোংবা, মোংবা সংগাই তম্নকখি। কংলা মৈহৌরে মনাইশিংনা তম্নবদা নিংথেম পাইম উংগোইফুংদ তম্নাংগা লোয়্নননা — ইপু কয়ম তৌনিংগে? য়াম্নাম্নম্নবদা, । খোংনাংথাবনা হায়খিয়ে — ইপুদি অহল ওইরবনিনা তম্না তম্না খোল্লাংলুগে। ফিরেল অত্থু ভোংহুনা নখোয় অহম কংলা তম্না লেংলম্নো অসুম্না মখোয় অহম লেংপ্রে। খোংনাংথাবা ইপুম্ন পাইম য়াখল তৌহুনা অসুম অসুম লাকপনা কংলা ইমুং অঙুদা য়াং-জেন অমম্নদা নিংথেমগা পুম্না থুংমিয়্নখি। অসুম্না খাম্বী মৈতু মুংননবা নিংথেমগী অংানবা শান্তিদাসনা থোদা কয়া তৌরবদা অখোয়ননহম মৈচাম্নরে। মম্নো অসি য়োম্নম্নবদ নিংথেম পাম-হৈবনা ইপু খোংনাংথাবদা হায়জরকপদগী, ইপুনা খাম্বী মৈতু মুখৎখিয়ে। ইপুনা মুখৎপদা শোনখিবা যারা লাইরোনদি —

হুং — তোং — তোং,
হা — তোং — তোং
হৈ — হে — হৈ,
হৈ — উং — হৈ
হৈ — উং — হৈ,
হি — হুম্না — হে
উং - হুম্না — হে ॥ ° ॥

কংল, মুংজেং ইপাক্তা তাওবা কৌশিংগুম্বনে, তাইরেল লোংবা লৌনা লাইজ থিকলেন চাইরক্লবদা, ইপা ইবুংঙো মালেম লৈবু লৈত্রিতৈ, কোরৌ নোংবু লৈত্রিতৈদগী লৈরকপা হে ইপা ইবুংঙো কুপত্রেং শেনক্রেং অমিগী লাংওন লংদাই অনিবুম্ব খোংনাংথাংনা যাবা অসি কাওবনে। ওসি নদাইবেম ব্রাংমচা লৌরেম্বম খোংনাংথাবন যাবা অসি কাওজনদা। ওসি নদাইরেম্মা য়াবা লিরোল অসি চংগোইবদা অশোয় অওামম্ব কুবিয়ো, ইপা ইবুংঙো

হুং — বি — য়া
হৈ — বু — রি,
নংনা তোংনা হৈথা হৈথারে
উংনা উংচারে রিনা য়ানা
উং — ঐ — ঐনা হৈথারগে
ঐ — ঐনা হায়ুম্নগে,
হে — তে — তে তেনৌখোম্বনা
খোংয়াং ঊনা খোংঙম্বী
লোংলৌ পাননা লীকখোম্বী
হে, ঈমুংদা লাইজোম্বী
কে — কে — কিখোম্বী
তে — তে — তেনৌবী
লাই — লাই — লাইয়োংবী
হা — হৈ — হয়ারো
তোং — তোং, তিং — তিং হৈ — হৈ।

কংলা হুংজেং ঈয়ায়দা ইন্নুং কাংলে থাম্বী মৈরা মুৎপগুম খোংনাংথাবা ঐনা লাইজ ঈখোয়্রকপবু ইরম তরেৎমকপু, ঙসি কোরৌ নোংদা মালেম লেপ'ত্র ইন্নুং কাংলে, নোংথৈ ইন্নুংবু মুৎপা ঙম্বা ওইগ্রসন্নু।

গরিবনিৱাজ সনা হাক্তক অসিদদি ইপুগা মীয়ানচা শান্তিদাসকা অকনবা লালওং কয়াদা লাগথেংনখি। নিংথৌনা শান্তিদাসকী মীচংদা লেপতুনা ইপুবু অরাবা কয়া পবিখি। অমুকথকস্তু য়াহে থজিক শোইনবদগী ইপুবু চরৈন্নুংদগী, অমাংথোংদগী, তিন্নাং য়োৎনষম ফাওবা চৈবীনা লেংলগা ঈমা লাইরেম্বীগী মদাইকা (হৌজিক্কা শামু লৈরিবা) অসিমক্তদা লংথোক্তুনা থম্বীখি। কোরৌ শিংবুম তরেৎনি ইপুগী শমু হকচাং অসি মফম লেঙদনা পংপুমহুনা লৈরম্লগা মদোম হিঙ্গৎচহনা অতুম খোংদোইখিয়ে। অমুকথকস্তু ইপুবু ফাঁসি পীহুনা শাগাইথক্কা কাহনখি। অসিগুম্বা নিংথৌগী থৌওংশিবু য়ানিংত্রবা ইপু গনক মৈহৌবনা য়াম্বা অমনা থাম্বী মৈরী হৌহন্দুনা ফাঁসিগী থৌরি ককথৎখি। মসিগীস্তু মথক্তা নিংথেমবু কোরৌ শিংবুম মঙানি থাম্বী মৈরিনা কোইশিন্দুনা অন্না চৈথেং পীখিয়ে।

কোরৌ নোংমথকস্তু—মোংবহনবী হিদেন্দা মহাক্কী থীনোং থীরিনবু পুথোকতুনা চামজিঙ্গে, খোঙলৈথাবনা হেক থেংনরুরে। ইপুনা ঙাইহাক পোত্থাহনা উপাল অমগী মক্নমদা লৈশিন্নগা মহাক্কা তৌরিবা থৌওংশিংহু য়েংহুনা লৈরে। ইপুনা—শান্তিদাস! ঙসিদি নহাক খঙলদিদো হায়রগা লৈতুম মচা অমদা য়াবা

অমা খোল্লগা শান্তিদাসকী মশাদা হেক খোমলল্মী। অতুগী মতুংদগী মহাক্কী থীগোং—থৌগ্রিনহূ হনজিনবা ওমদহূনা পীবুক-সুংদা অমা হিদোং লাংহূনা লৈরবদা, মীগুংশি থঙলবা ইপুনা অরাবা অহূবু অমুক কোকপীখিএ।

লাংবচক্কী লাংওন ল.লাউ চৈশিং শুরবা, মপা-মপুগী, য়াম্হিপ-চাকচা কমকম থঙলবা মতমদা থেংনসি। থেংনগদবা চৈশিংদি ইং কুমজা ২০১৫ গী লমতাগী থাবান ৯ নি নোংমাইজিং কোবৌদনি অহুগা লমদমদি কংলাংমুংদনি। অশিগুম্বা য়াবাদা খোংনাংথাবনা চিঙ্গোইখি।

মতমগী মতুং ইন্না থুঙ্লমদাই মতম ওইরক্লবদা খোংনাং-থাবনা মাইচৌ তক্লকমক কৌথঙনা য়ারোই চীংদা ক্ষেব হৌহূনা চামিন্নখিএ। চামিন্নবা লোইরবদা খোংনাংথাবনা চিংগোইরকই-ইনাওশা। হৌজিক্কি কংলা ইমুংদা শনি তরেৎ চংশ্রবনিনা, ল.ইনি-ল ইশোল হোংলনি, পারী পুরী মশক থঙলরোই, ইরাৎ থৌনি কয়াদা ওমদাইনবা ঙ'রগনি। অহূনা ইনাওশা। ঐদি ক লানুংদা মুংগোইবী হায়না কৌবা মকমদা, চিংথাউ পাগে ল ওইনা হৌহূনা নোংপোক হারম ঙাব্রগে। গনক মৈহৌবা ন.দি চকপী কারোংগী পনকোইনুং হিদেন হায়বদি নহাক্কী শমু নথ্নাংদা থৌহূ নওবু পুন্দুনা থাদখিবা ( লংথখিবা ) মকম হুদা লাইনিং পরৈ থমহূনা খা হারম ঙাবলুরো। হয়েং তু' কাওবদা ন.গী থুপকম অহূবু গনক হিদেন হায়না থঙনহৌরসনু। লুখোই ন.দি, লাঙ্গোল চিংগী নাপোমদা লী থালোং ওইনবু হৌহূনা অরাং হারম

ঙাকলুবো। ললহান্দবা নংদি, মোইরাং শঙ্খোং হারমবু ঙাক্নবা ৱাংঙু পনকোইঙ্গুংবা লৈহাও পাম্বী ওইনবু লাংওন্দুনা লক্লরো। দেবীগী নংনা, নোংচুপ হারম ঙক্নবা লম্লেন মক্লংগী লময়াইদা হৈবী পাম্বী ওইনবু লাংওন্দুনা হেক্লরো। খারম থাদোই নংদি নোংচুপকী পনথোং ঙাক্নবা নোংচুপ হাইমতোন চিংদা লাইরা ফাইবোক ওইনবু লাংওনলুরো। শামুরৌ চিগোং নংনা হিয়াংথাং ইবৈমগী মখাইদা হৈক্রেং পাম্বী ওইনা লাংওনহুনা থ মৈরনদ ঙাকলুরো। অমুমনা খোংনাংথাবা চীংঙুন, ননাউ ওকৈকমক্কা থোদা শীনখিএ।

কংলৈগী য়াইফনবতা খল্লবা ইপু খোংনাংথাবনা নিংথৌগী ৱাননবা থোদা অমত্তমু পাঙলমদে। শাথুপলমদাই মতম য়োশিল্লক-লবদা ইপুনা মহাক্কী হায়গী অপোইমচা ( অপোইননা ) গী শক্তমদা অমুক হনজিনখিএ। মহাক ইং কুমজা ১৭৪৯ গী ইঙাগী থ.বাল ২৯ নি নোংমাইজিং কোরৌদা থুপখিএ।

# গনক থেঙ্গা

কাংলেগী মহৈকৈ শাকপা পুকেংক ইবুংগো মারজিংনা তাইবং মীওইপোক ওইনা লাংওন তৌখ্রুনা। ইং কুমজা ১২৭৫ গী ইঙাগী থাংগাল ৫ নি পানবা থাংজা কোবোমদা গোনোকময়ুম শাগেদা চাঁউথু গৎ অসি ...কখিএ। মহাকী পোক্নম লমলেনদি ভগি ময়াম্বা কুম্ব থাখোং হায়না খঙনরিবা মকমসিনি। পম্থোগী কোলোইদি গোনোকময়ুম ঙাংঙোইবা অদুগা পলেমপ্পী কোলোয়না থাবুংবী হায়না মিংগৌনৈএ।

মহাক (গনক থেঙ্গা) মোইবাম্বা সনা হাক্তক্তা মাক্লেমদা শাফোংলকখিএ। অঙাং ওইনিংঙৈগী মতমদগী মহাকপু গনক থেঙ্গা হায়না কৌনরকখি। গনক থেঙ্গা হায়বদি ওকথোক পেংলাকপা ঙমবা হায়বনি। মহাক অঙাং নরা ওইরিঙৈদগী খোরি ঈযেক নৈনবদা পাইমা। খোইজংলকপা, খোরি শুবা হৈরবা ইপুনি। চীংঙু লাইগী মপোক ওইবনা মহাক পানজিগী মবমদা থোইদোক্লা মপা নৈত্রবা মীওইম্নু ওইখিএ। অস্নুম তৌদুনা নিংথৌরোল কয়াগী খৌরৈ থৌদা কয়াম্নু পাওখিএ।

মৈদিঙু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তনি। নোংমা কোরৌ অমদা নিংথৌনা মাগী মোংবা শঙলেন ১ শাননবা উরেপ (যাত্রা)

হুন্নবা ইপুগা য়াবান খিএ। মসিদা ইপুনা হায়খিএ—ইং কুমজা ১৫৯৭ কি শক্তিবুগী থাবাল ৫ নি পানবা থংঙ্গ কোরৌদা মায়োকফা উনা উরেপ অসি হুন্নবদি কোরেন্দা সনাগী থম্বাল শাংকনিএ। পুংফমদি "আশা যাত্রা" নোংয়াই মতুং ৱাংলেন পুংজা অমা মখায় তাবা শক্তিক থাবা থোক্লকদবনি মমিদি নাহুই তম্নকপা ৱাংলেন্দা হুনগদবনি। ইপুগী য়াৱা তু ইম্মা নিংথৌগী মনাই-মশলনা যাত্রা অসি হুনখিএ। অতুবু আশা যাত্রাগী পুফম ওইখিদবনা সনাগী থম্বাল শাংখিদবে। নিংথৌনা অশাও থাম্বী মৈহৌবতুনা ইপুগী মখাংদা থোতু মুংবু পুন্নগা চকপা কান্নোংগী হিদেন অমদা (গনক হিংনদা) থাদখিএ। অতুবু মহাক্তি চীংঙুগী লাংওন ওইহিবনা অমং যাইথোং কুমখিদেএ। ইরেংবম লৈকাইদা লৈবা কৈশাম ঙোবা (নিংথৌগী মনাই অমা) না তাহৌতুনা হায়রিবা পুংফমতু কায়দনা মাগী মোংবা পনকোইনুংদা লফু পাম্বী অমথক যুংখি (থাখিএ)। ইপুনা হায়বা অতুমককুম লফু পাম্বীতুগী মতোন্দা সনাগী থম্বাল অমা শাংখিএ। কৈশাম ঙোবনা সনাগী থম্বাল অতুবু সনা কোম্নুংদা খোঙ্গারক্লুনা নিংথৌদা থেনজরে। নিংথৌনা অঙকপগা লোইননা মনাই ঙোবদা পাউহংলবদা মনাইনা পুম্নক পুনেমজখিএ।

থংগেম্বা সনা হাক্তক্তা, মীরমদগী মীয়ানচাশিংগী লাইনিং লাইশোল, অনৌবা ধর্মগী পরম হোংদোক্লবগী গোসাই খরা কংলৈ (মনিপুর) ইম্নুংদা চংশিন্নকখি। অতুবু হাক্তক অসিদদি মখোয়না (মীয়ানচাশিংনা) কংলৈচাশিংগী চংনরোল থোঙং

কয়াবু হোংহনবা ওয়্বগী থৌরং থৌদা মপুং ফানা পাওবদি ওমখিদে। মথোয় মরৈবাক্তা অদুম হনখিয়ে।

চরাইরোংবা সনা হাক্তুকদি অকোনবা চলকপা গোসাই-শিংগা ইপু মাইচৌশিংগা অকনবা হুংয়েন লানথেংনবা হৌরক্লে। মাইচৌশিংগী মনুংদা ইপু গনকসু অমনি। খুরগী শিল্পা পরম অংগী তুংইন্না গোসাইনা কংলৈ লৈময়োনদা মরু ইহুন তম্নবগী থৌরাং কয়া লওখি। অমুম্না লৈমকোন্দা মরু ইহুন তমখিদুনা কংলৈগী থোরং থৌদা কংদা অকাথবা ওইনবগী মরম অদুম ওটবকথরে। অমুম্না, চরাইরোংবা সনা হাক্তুকগী অহোংবা খব খর অদুম লাকখি। গরিবনিৱাজ সনা হাক্তুকদি মীয়ানচা শান্তিদাস গোসাই কংলৈপাক (মনিপুর) দা চংশিন্নকখি। মহাকসি মহৈ—মশিং কয়া হৈরবা চিংওয় লাইগীসু লাংওন ওইরবা মপোক অমনি। য়ানশিন কাংলোনদসু (কেম্ব্রিজদসু) মহাক মপুং ফাম্না হৈ। নোংচৌ অতিংকোক কুরু শিদবা ইপা ইবুংঙোগী পরম তুইন্না ইপা-ইপুগী অচুম্নক হায়বদু শান্তিদাসকি মতমদা থোকখি। অসি মরমগী মহাক্না কংলৈপুং অসিদা রামানন্দি ধর্ম্ম শন্দোকপদা মাই পাকখীবনি।

গরিবনিৱাজ নিংথেমগা শান্তিদাস গোসাইগা য়াৱা লৈবোল অমত্তা ওইনা চংমিন্নবা হৌরবগি। অমুম্না অমত্তা ওইনাহবগী য়্বারমদি—চরাইরোংবা সনা হাক্তুকী লুংশি ঈরিকপু ঈতিংখিবগী পরমদগীনে। ইবুধৌ নোংদা লাইরেল পাখণ্ডবগী জগোই খুংথক মপুং ফানবা, মোল্লাং মোনথাংনিরম্মুনা তর লুকলেন অমহদা.

চিন্দমনিরফিতুনা পাইমা নিত অমত্তা ওইনা অমুম শাংমু। কলৈগী ফও হানদি পুম্নমক অযম্বু ওইরম্মু হুন্দবু ওইব মু মীযানচাগী পবৈ তুম্না নিংথৌনা শিম্বাহরে। অমুম কলৈপক কংলৈযান আসিবু অংথপ, ওইরবিনা মীযাচনা খুদুম চনশিনখিবা হারে হাংবা রাজদগী, কংলগী অহল চমনশিং খুদাং পীকম তৈ, মমু মীৎফমবু নিবাং পিরোইরক্রে। শান্তিদাসকী থৌশম্দগী য়াংদৌ লম্বীদা মালেম চুমিক খিগপগী পান্দমহল্লে। মহাকা ( শান্তিদাসনা ) নিংথৌ অমদি লৈবাক মীযামগী মমাংদা মিত্রং বুম্মে কযা ৎৌরকথ। শান্তিম্নাচাং কযা তেত্নুনা মহাক্না নিংথৌবু শুন্মৎখিবে। মহারা পোংযান পোত্তিন কযা শীজিন্নদুনা নৈ হেইনবা ডম্মী অমমুং মুখৎপমু ডম্মী হাযবা চাংযেং কযা পাঙথোকখি। মাগী অসিগুম্বা থৌওং কযা অসিনা নিংথৌবু পীবুক্কিং ওনহৈনা শুম্মৎখিয়ে।

নোংমা কোরৌ অমদা, ইমা লাইরেম্বীগী মদাইবম থোরী কৈথেল মযাইমক্তদা মিত্রং অমা তৌখিযে। ( মতম অদুদদি কংলা ইমুংদা সনা কৈথেল কানবম্মী ) হায়রিবা মিত্রং কুম্মেত্নদা-শান্তিদাসনা চেক্লা খুমু ১গী শক্তম লৌরগা মালেম লৈদা নোমনা নোমনা চত্রনা য়াম্না মুংশিবা মংদা শান্নদুনা লৈরম্মী। নিংথৌম্মু মাগী মনাই-মশলশিংগা মাগী মিত্রংনা শমদুনা চেক্লাদুগী মতৌ য়েংদুনা লৈখিয়ে। তরা চেংবুম থরা চাইথোক্তনা চেক্লা মানা থৌবোম থম্না চেংথুন তমদুনা কোইনা চত্রনা লৈরম্মী। রাংলেন মিকুপ অসিদা ইপু গনক থেঙ্গুম্মু ইমা লাইরেম্বীগী মদাইরমদুদা

খো-দোইরকখিয়ে। মতাং অসি ইপুদি হন্নু নৈল্লে কারবা, চৈগু পাল্লোহন্নরবা চহি চৈশিং য়াহরবনি। মহাক্না মীয়ানচা অসিগী তৌশিন্নবা মওং ঐ মঙাইরে মতাংগুম খেক্লা নাপল কাবা মতৌ অতুদা উনবী পুরিং খোইশাওননা নিংথৌদা চিংডৈ য়েংলগা চিংগোইরকখিয়ে—ইনিংথৌ। নিংথেম পোকপা অঙম্বা, মীয়ানচাগী কুম্মে অসি মীৎয়েং শানথৈরদা হুডাইহরিদনা। নিংথৌনা থুল্লকখিয়ে ইপু অম্তুম মীৎয়েং তাজরম্মি। ইপু গনকনা— অদুদি মীয়ানচাসি থরা লারুগেকো অসি ৱাসি হায়রম্লগা মহাক মফম অতুদগী চখেৎ কখ্রগা মোংশোং অমদা চৈশিনখ্রে। হায়রিবা মোংশোং অতুদা ইপুনা মশাদা শেৎলি ইল্লিবা ফি-ৱোল পুম্নমক লোৎশিল্লে। কুরু লমজে কাংৱাগী চৈগু অতুম্বু লোৎশিহল্লগা ইপুনা তোকপা হৌদোং অচৌবা অমগী শক্তম লৌতুনা মীয়ানচানা কুম্মে তৌরিবা মফম অতুদা হল্লকলে। কোয়না কুম্মে য়েংলিবা মীরক অতুদা মহাক্না তুমিন্না লিংশিনখ্রগা তানজা য়েংলগা খুন্নু অতুগী ওকসমদা তাপ লাক্তুনা ফর ফর হায়দৎলে॥ কুম্ম য়েংলিবা মীয়াম্মা শিবা তারে, শিবা তারে কদাইদগী হৌদোংনো? হাৎলু। হাৎলু। হায়তুনা ফুথরক্কদবফাও য়াওরকখি॥ থরা অমনদি ৱাৎপু ৱাৎলিবনি; মীয়ানচা অসি হকমল্লবনি; হাৎপু হাত্তোক্লম্লবদি ফগদবনি। অহুম্না লাংনৱিডৈ তাঞ্জাসিদা ইপুদি ফন, চোংথোরক্তুনা মফি মরোল লোৎলম্বা মফমতুদা অতুম চেনশিনখ্রগা মশাগী শক্তম হন্দজিন্দুনা মোংবা মরানয়াইদা অতুমমক খোংশানখরে॥

অসিগুম্না, চীংঙ্ লাংওন ওইরবা ইপুগী মতিক মথৌনানা তৌবা ওম্বা থৌরম কয়া মরুম লৈখৱে। নোংমা কোম্নৌদম্মু, কংলা ইন্নুংগী; থৌরম অমদা ৱাকম অমা শোয়ন্নবদগী; চনিং তাদবা নিংথৌগী ৱাখলনা ইপু খোঙলৈথাবু ইং কুমজা ১৭২৭ কী লাংবলগী থাবাল ৭ নি শগোলশেন কোয়ৌদা ফাঁসি চেক পীথোকখি। অসুম্না নিংথৌগী থৌদা তুংইন্না মনাই মশকশিংনা ইপু খোংনাংথাববু ফাঁসি সগাইদা থাঙ্গৎখি। ইপু গনক, অফিংবা মীনা লাকচবা য়াদবা মীওইপোক্কি জাংওননি অসিগুম্বা, চনিং তাদবা নিংথৌগী মীন্নুংশি লৈতবা, গ্রেগী য়াৱানা মরোইরে হায়বা থৌওং অসিদা ইপু ভশাও খাম্বী মেহৌখি। নিংথৌগী থৌওং অসিতদি থুগাইদুনা ময়াম্বুংগী য়াইবী কল্লগে হায়দুনা ইপুনা ফম্না ফম্ন য়াৱা অম কমথিবদগী. ইপুগী নিংশা শ্বরনা খাম্বী মৈরী ওইনা পাইথিদুনা ফাঁসিগী থৌরি অদুবু ককথৎতুনা থৌরম অদু কাযহনখি। অসুম্না কায়রবম্নু, নিংথৌনা মাগী থৌদাদি শোইফদে ইপু খোঙলৈ থাববু ফাঁসি তৌদুনা অভাং ওলহন্দবা য়াদে অমুক হন্না ফাঁসি শগাইদা থাঙ্গংকদবনি হায়না য়াথং পীখি। ৱাংলেন, অসি য়ৌরবদা ইপু গনক মখৈ ক না শাওরে। থকশি খাশি কাওথোকখ্রে। মীবু অনিরক হন্না অসুম্না ফাঁসি পীরবদি হায়না শাওখিবদগী নিং.থৌবু থওইনা উরক্তরে। ইপুনা হায়রবখি ইনিংথৌ অমুক শোয়রবদি অমুক হন্না করিগী ফাঁসি পীগদৌরিবনে.? মসিদি মীনা চৎনগদবা মচৎ নত্তে। নিংথৌনা

খুম্নকই—ইপু ! ঐ অসি লৈবাক অসিগী নিংথৌনি। নিংথৌনা তৌগে নিংশ্রবদা থিংবীগদবা কনাগীসু মতিক লৈতে। ইপুনা ফরে অহুদি নিংথৌ নংনা ঙম্নগা তৌ গনক ঐনা ঙম্নগা থিংগে। অস্নুম্না অম্রাই অথুম্নরম্নবা মতুংদা, ইপু গনকনা নিংথৌবু থাম্বী মৈরিঙনা কোইশিন্দুনা ধনম্নগা মোংবা মরানয়াইদা অহুম হুনখরে ॥ অস্নুম্না, কোরৌ শিংবুম মঙানি মুখংপিনবা লৈতনা থাম্বী মৈরক্তুদা তৌফম খঙদনা লেনখি নিংথৌহু। নিংথৌগী মতৌহু ঙেংবা ঙম্নক্তুনা, ইপু খোংনাংথাবনা মৈ অহু মুংথংপিখিয়ে ॥

মমাংগী রাক্কম অমনা, শান্তিদাসনা ফ.লৈপুদা হেক চংশিল্লকপগা পাউখোং অমথক চন্দুনা লাকখিয়ে। মহুদি—

সে, সে, সেবোতি
লাইশ্রম মচা সেবোতি,
নংগা ঐগা কাউনস
কনানা ঙম্বগে য়েংনসি।

থৌরৈ অসিগী মতুংইন্না মহাক্না কংলৈচাশিংবু কয়ামুক উশিন্তবগে হায়ববু নোংমা কোরৌ অমদা ইমা লাইরেম্বীগী মদাইরম সনা কৈথেল লময্যাইদা থোইদিং পোংমা (বোরা অথনবা অমা) হৈদোক্লগা অহল ওইরবা ইপু খেংঙলৈধাববু খুনহল্লগা মহাক্না য়েংহুনা লৈখিয়ে ॥ থৌদোক অসিদা ইপু গনকনা শাউনখহুনা য়াম্নারকই — নপাগুম্নবা নপুবোকসু

ওইবা য়ারবা অহল অসিদা ওবাংতগী অঙাং নংগুম্বনা শিঙ্গাতুনা থোইদিংবু খুলহৎল্লিবদি করিগীনো হা ? অস্থুম্না, য়াব্রা অমা শোঙ্গ্রগা খুবাক্পা থাজিনবদগী শান্তিদাস তিংতম ব্রাৎথতুনা লৈমাইদা ব্রাম্বতুনা তুখিয়ে।।

অসিগুম্বা থৌরৈ থৌদা কয়া অমা কংলৈয়োনশিদা পাঙলম্লবা তুংদা, শাথুপ্লমদাই মতম ওইবব্রবদা চৈংঙ্ মাইচৌ তরেৎমক ব্রাবোক্ চিংদা উনতুনা ক্ষের চানিম্নখিয়ে। অসিগী মতুং ইং কুমজা ১৭৪৯ গী ইঙাগী থাবাল ২৯ নি নোংমাইজিং কোরৌদা চৈংঙ্ খোঙলৈথাবগী থৌদা তুংইম্না চকপী কাবোংগী গনক হিদেন্বা খা হাবমবু ঙাক্তুনা লাইনিং পরি থম ইপু গনক শাথুপখিয়ে।

# নোংমাইথেম (লাঙ্গোল) লুখোই

অতিংকোক কুরু শিদবগী শিন্থা তু'ইনবা অমাং কৈক্রু অম্বুম্বনা তাইবং মীওইপোক ওইনা লাংওন্দু না ইং কুমন্ডা ১২৭৭ কী মেরাগী থাংনল ২ নি পানবা শগোলশেল কোরৌ নোংদা নোংমাইথেম (হেংজা) শলাইদা লাংগোল লুখোই তাইবং মীকপ থোকখিরে। মহাক্কী পোকুকম লমলেনদি হৌজিক্কী ইম্ফাল জিরিবাম চৎনবগী থা-থংবা মাইকৈদা ইম্ফালদগী কি: মি: ১২ রোম লাপ্পা লৈবা থাইদেম হায়বা অসিনে। পম্মোগী কোলোয়দি নোংমাইথেম শাজো অদুগা পলেমগীনা লৈমা শাখি হায়নবু মিংগৌনৈএ। তালোইগী মিংলেননা লৈমা তম্ফাশংবী কোলোয়নৈ। মহাক্না তাইবংদা লাংওমকখিবা মতমসি মৈদিঙু মোইরাম্বা সনা হাক্তক্তনি।

মহাক্কী পম্মোপোকপা মপুবোকসি অরু-অরুবা য়ারা কয়া খণ্ডবা অখণ্ড অহৈ অমা ওইরম্মী। মহাক্না পলেমগী পীবুকম্নুংদগী তাইবংদা লৈশাং হেক তম্মকপদা "হংঙা-হংঙা" হায়বা য়ারাসি চীংঙুগী য়ারাগুম কম্না কন্না শোল্লকখি। শম্মাংতবু য়েংলগা শম্মাং ইখোই খোইজিন্না চোদা (জোতা) তাবগুম মাল্লি অদুগা রাখল পীবুকম্নু লুবা মীতা ওইগদোবা মাল্লি হায়বদগী মহাক্কী মপুবোকনা মহাকপু "রাখল লুবা, শম্মাং খোইবা" ইশুদি "লুখোই" অম্বুম কৌরসি. অম্বুম্মবু কৌরম্মনা কোলোয় অসি মিংথোনখিবনে।

মহাক্কী মোংবা পনকোইমুং অসিদি লাইরু অনং শক.

খণ্ডনবা ওইনা তৌই। অম্বুম্বা, লাইরু অনং মরক্তা চাউবা লেপ্তুম ফারকখিয়ে। অদুবু লাইরবা নোংতম ওইরবসু তরা নিরুবা তৌদনা, অরা-অনা কয়াদা মতম চানা হুমাংমলগী থৌরৈ থোদা পাংদুনা লেপ্পকখিয়ে। লৈপুং হাকাকম কয়াদসু কুরগী লাংওন ওইবনা মহাক্রা অচুম্বা য়ারাদংক চিঙ্গোইরকখিয়ে অহল লমন, মমাম্বা, মরুপ মপিজাশিংগী মফমদা মহাক্না চিংগোইখিবা য়ারা খুদিং ইচুমদা চুমখিয়ে।

তালোই তুথি তমদুনা যুম্লেপ চারা লিংলবদা মহাক্না মাগী তালোইদা কোবৌ নোং অমদা অম্বুম্বা চিঙ্গোইখি "শানৌ ইবেম্মা, নহাক্কী ঐগী লাংওন অমদদি নহাক অসে ঐগী ইচলম্নুপীনে নোংয়াই ইবেম্মা। নহাক্না ইচলম্নুপী ওইরিবৈ, থারা লৌবুক লময়াইদা থুম্লবা কাওথুমবু চামিন্নবদা খুংগুনা থাখিবগী দাক অমা নহাক্কী লরাইদা লৈবনিহে শানৌ ইবেম্মা।" অম্বুম্বা, য়াবা মপাউ পীরবদা মাগী তালোইনা লরাইদা মদুনা য়েংলুবদা দাকফম অদু লৈরম্মে। থোদেক তসিংগীদি মাগী তালোইনা মহাকপু করম্বা লাংওন ওইরমগবা হায়দুনা চিংন পরৈনরকখিয়ে।

মহাক অসি চীংদা মানদা কোইনা চৎতুনা শিল্লম শিন্থা, থৌরৈ থোদা পাংজবা, রানা লেপ্পকখিবা পুন্সি অমনে। নোংমা কোরৌ অমদা শামাম্বা মখোই মরিগ লোইবী চিংদা কাদুনা শিল্লমলুসি রারেপখি। মরুপ মপিজাশিংদুসু লুখোইগী মোংবা মরানয়াইদা রাইথুংলদুনা, মোংফগী কম্নবা পোইরৈ

তাম্না চংতুনা তরেৎ শেঙ্গা তানবা অদুবু য়াওজগে হায়তুনা শামাম্নবা অমসু লাকখিয়ে। অদুবু লুখোইনা মতাম্নবা অদুদা পোইরৈ তাম্না হল্লান্দুনা তরেৎ শেঙ্গা তানবা অদু য়াওরগনু চিঙ্গোইখিয়ে। মদুদা মরুপতুনা য়াব্রানরকখি মরুপ, লুখোই! নং ঐবুদি সুংশিদব্রা? য়াব্রাদু তাবদা লুখোইনা—নত্তে, নত্তে মরুপ নদি চয়োল অমগী মনুংদা অনিং কোয়ৌদা.(নিংথৌকাবদা) থমসুং সম্বা তানগদবগী পরম অমা লৈবননে। য়াবা অদুদা মরুপ অদু মালেম লৈদা মরুলুক, ভাইহাক খল্লগা হায়রকখি ফরে! ফরে! মরুপ। নহাক্কি চীংগুগী মচানি হায়নৈ, নহাক্না ঐবু থবা কুবিয়ুকো। লুখোইনা—ঐদি করিসু খঙদে, হৈংদা। অসুম্না খেক্না নাপল কাখিদে, থৈনা লৈতেং হাপখিদে, পাংনা হিদোম লাংখিদে। অসুম্না তোরহুনা, মরুপ অদুবু পুকথেম্নহুনা থনম্লগা মহাক্না (লুখোইগা) পুম্না মরুপ মপিজা মবিমক লোইবি চিংদা খোঙ্গাখিহুনা লাপ্না হল্লানখরে। লুখোইনা মাং থারহুনা পরপ পরপ লাকপনা বরাক তুরেলগী খোঙবাল য়োরহুনা লেম্নৈ ভারম তাম্নবা থোরাং তেরে। মখোয়না লেম্নৈ তানশি লেপখিবা মফমসি "তুবী লাইরেল সুংশম পাথঙবা" গী মদাই ওইরম্লনা ঈভল অমা থেংনখি। ঈভল অসিদা মহরু.—এ! ইত্তাংশা মসি হেক্তা মফারসি হায়না য়াব্রারকখিয়ে। তুবী লাইরেল সুংশম পাথঙবনা মখিকোংলহুনা লাইজ ঈপোম রাংনা হৌ লাইজংক্তা ফোং তাউখত্তুনা লৈবনু থেংনরে। লাইজহু নিক নিকতুনা লৈ।

লুখোইনা খনখি— অচা, চা! করিনো ? ঙসি তৌবরিবা মতৌ অসিদি, পোকৈউদগী থেংনরক্তি। চীংডু লাইথেংনবা, খোইযুম লাইথঙনবা হায়বদু চুখোই ঐবু ওইবগদ্রা ? চেনফদ্রে, লো মচং পোকপা মচানা নিনি লিবা হোনদে রাখল অসুম খন্দিবনা মতাউশিন্দা—ইত্তাওশা ! শমু হিরি কোল্লু। চরশিং অদু কন্না কন্না থাগোলদু, রাংলেন অসিদি চেকশিন্না যম্ম। অসি য়াবাংমগা লাম্বি অমা শেংদুনা অদুগ্গা কুমথগ্গা তুবা লাইবল অদুবু শাথেংনখরে। মাগী লাইরাচুগী চৈথেংনা, লাইবেল অদু পামেল অমগী মথাদা চিং তম রানথদুনা কৈখরে মহাক্না পাউমেনখি- ঙসিদগী নং ঐবু রাবৌগনু। চীংডু লাইথেংনবা, লাইথঙনবা, লাইওরবা হায়বদু তৌরগা অরা অনা তাদুনা তাইবং থৌদা পাঙদনা লৈবদু ঐদি যাদে। লুখোযনা লাইবেল অসিবু লাইক্লথক্লগী ফৈবম্না পুখংলকনা মতুপ তরেংথোক্না করুগা মফম অদুমক্তদা মতম অংগী চংনবী তৌবা য়াবা মথৌ মঙম পুম্বা তৌরগা অদুম ফুমজিনখি।

অসুম্না, লাইবেল অদু ফুমজিল্লবা মতুংদা মরুপ মপিজাশিংদু রাতানবক্লে—ঙসিগী হিদেন অসিদি লাই-তৌনগী ওইনা তৌই, মফম অমদা অমুক খোংশাল্লসি। অসুম্না, পোইরে তাম্না খোংশান্দুনা মফম অমা য়েংলক্লে, অদুগুম্বা মফমদুদা যারেকফম শঙলেন অমা শারে। শঙলেন অদুগী নাকন্দা থরদং হাইথরগা ঈরেল অমদগী লেম্লে ঙা মপুংফানা ফজরে।

হায়রিবা মকম মহুদা কোরৌ নোংম-নিনি শিম্বাংহুনা লৈনবা মতুংদা, মোংবদা খোঙ্গারসি হায়হুনা হুল্লে। নহাক্‌গীহু চাবসু, চাহৌদা কমদৌবজাংনো অমুক হেংলুসি হায়হুনা লাইরেল ফুমফম অদোমদা লাক্লে। ফুমফম অতুমকুদা পামেল উগী মতৌগুম ফৌপাম্বী অম হোৎরম্লে। ফৌ পাম্বী অহুদা ফৌ মক মবিথক পানবা চরোং অমথক পাল্লম্মী। মতৌ অসি হেংনম্নবদা লুখোইনা খনথি-নহাল নোংগী লাইরেল অহু তুদী লাইরেল মুংশম পাখংবনি। অস্তুম, মহাক্না মকুপশিংদা—যাব্রারমথিয়ে মপু ওইরবা লাইরেল মুংশম পাখঙবনা হয়েং তুং ফাওবদা চাদা নাউদাদা অব্রাৎ-অপা লৈতনবা ঐখোয়গীদমক্তা কুবিরবনি। অস্তুম্না, ফৌ মরু মরিহু মখোয়না অমমম য়েন্নহুনা মোংবা মরানয়াইদা চোংদোইনরক্লে।

লোইদাম খর লৈরগা মোংবা মশাইকোন্দদি ফৌগৈ-চেঙ্গ মরাং কাইদবনিনা লুখোইনা মতোমতা ওইরবসু থবক থৌরৈ খোঙ্গারুগে খন্দুনা মোংবা পনকোইহুংদগী খোংদোইরক্লে। অস্তুম খোঙ্গাবকপনা খোংঙাথুল লোইবী চিংয়া য়োরক্লবদা, তরা চিন্দম্নগা খোঙ্গাবনা শমু হকচাংদা অবা হিদোঙ লাংবা খরা শাফগদ্রা থনবদগী তরা ফুমাই হৌননবা শেম-শারে। থাম্বী মৈহৌনবা শীং লৈত্রবদা থুনজিনগী মোংবা (য়ুম) অহুদগী উথোকতেন অহু য়াব। অমা শোল্লগা লৌথোক্‌না থাম্বী মৈ হোগৎহুনা তরা ফুমাই হৌহুনা য়াংলৌ এঙ্গাং থোংলহুনা তরা চিন্দমলে। অস্তুম তৌরগা খোঙ্গারকপনা কবুই থুল্লেনদা কোরৌ খরা থৌরৈ থৌদা পাঙহনা তরেৎ শেনজা খরা কংজরে মহু পুহুনা লাকপনা খেবা চীং অমুক

য়োৱক্লে। মৰম অক্তুদম্মু থোৗৱৈ থৱা মপাঙজৱহুনা তরেৎ শেনজা থৱম্মু মতানজৱে। শেনজাশিং অদুনা অনৌ-অপেন হৈৱাং কংলা অমদি লেমলৈ ঙাতেক ঙানৌ ওইৱবা ঙারা ঙাত্তিন কয়'বু লৈহদুনা পুৱক্লগা মহাক্কী পলেমবু থোৱি কৈ:থলদা পুহুনা য়োলহল্লে। মত্তুদগী ফংলকপা শেন্দুনা চেংবা চেংগী লৈহুনা অমদি মোংবা মশাইকোনগী অৱাৎ অপা মেন্দুনা ৱানা লেম্লকখি। অম্মুম্না থোৗৱৈ থোৗদা কয়া তৌনা তৌনা মহাক্কী ওজা কুরু চিঙ্গাংম মোয়াদা মহৈ-মশিং তম্লকখি। মতাং অসিদা খংগদবা অমদি চিঙ্গাংবম মোয়'না লাংওন তৌথিবা শক্তমদি হৌজিকী "হৈনৌ খোঙনেম্বী" অসিনি।

সোমদনা লুখোইনা উথোকতেন লৌথোক্লুনা মৈ থাখিবা মোংবহু'দ খোংডাখুল দেবীপাগী মোংবা মগাই ওইৱম্লে। দেবীপানা থারি পাময়ানলুবগী অৱা হিদোং লাংনা খোঙ্গারকপদা মাগী শঙলেনগী উথোকতেন অমা য়াওদনা লৈরম্বা অহু উবদা শাউদনা লুতোন শাৎখি। মহাক্না মপু নোংপোকপু থাগোনজহুনা কনানা তৌবনো য়েংবদা নোংমাইথেম লুখোইনা লৌথোক্লুনা থাম্বী মৈ থাঁখিবহু উবে। অসি মৱম লৈবদগী নোংমাইথেম লুখোইনা উবা থারি লৌবুক্তা লাইজ লিক্লা কাওবা তাহল্লরোই থন্দখিয়ে। অম্মা লুখোইনা থারি লৌবুক থোইহুনা উৱকপদ লাইজ ঈকং থোক্লুনা থারি লৌবুক পানখিদেয়ে। অম্মুম তৌবদগীদি লুখোইনা লাইনিং পৱৈ চংহুনা য়েংবদা মহাক্না দেবীপাগী মোংবা শঙলেনদগী উথোকতেনবু লৌথোকতুনা মৈ থারুবদগী খোংডাখুল দেবীপানা

লাইজ থিকলেন তাহন্দবনি হায়বসি মহাক্না হঙলে। মহাক্না দেবীপাগী মোংবা শঙলেন তাম্না খোঙারক্লনা হাংবা দেবীপাগা চেংলৌ শকখঙ মাইখঙনখিয়ে। লুখোয়না—ইতাও! ঙসি কৌবৌদগীদি চেংলৌ শকখঙনদবনিনা ঐগী মোংবা, ইগাইদা খোংদোইবিরকউ লৈজবা থবা চিন্দম্মীন্নহুনা হরাও মথোই কামিন্নসি-দেবীপানসু ফনি ইতাও! ঙসি ইন্নুং ঙাল্লগা হয়েংমক খোংদোইরব্রগে লুখোইনা—অহুদি, ইতাওনা হৈনবা য়ংলৌ মথেলশিনবু. অঃ হুংদি চিঙোইবীয়; লাইররবসু ইতাওনা চিন্দম্বা যাননবা থৌরাংজবন্নগে। দেবীপানা ইতাও! ঐদি চিংদা পানবা হাওবনিনা, লমঙক পায়্ন। লুখোইনা ফবে ইতাও! অহুদি ঐ অমুক খোংদোইরগে। দেবীপানা-হাইফবে ইতাও। অস্তুম্না কাননথরে কেংরৌদে।

ইন্নুং ঙাল্লে। দেবীপা লুখোইগী শঙলেনদা খোংকেঙকবলে। লুখোইনা পামেল উতুপ ককতুনা ল ইরা শোল্লগা লমঙক শাহুনা থোংবা যাংলৌ এঙ্খাং অহু লমওক এঙ্খাংগা মংহুখরে। ইতাও দেবীপা লেঙশিনবীরক্লো তরা চিন্দমমিন্নবসি অস্তুম্না লুখোইনা য়ারাররক্রবদা। মথোয অনি ফমফমলাংদা ফমহুন চিন্দমমিন্নবা হৌরক্লে। নোংপোক নিংথৌগী লাংঙন ওইবনা, দেবীপানা লমওক এঙ্খাংহুবু চিন্দম্ননবা লৌখংলকপদা মহ উচেংনি হাংবহু উরে। অস্তুম্না, চিন্দমমিন্নবা লোইরবদা দেবীপানা—ইতাও! ঙসিগী য়াংলৌ মথেলসিদি য়াইযরে। ঐগী মোংবদসু খোঙাবিরকউ। নহাল নোংদসু কবিগুম্বা অমত্তা চিন্দমমিন্নখিদরে, হন্দক্লি ইতাওগীসু অপাম্বা য়াংলৌ মথেল অমত্তদি হায়বিয়ুদে।

লুখোয়না—ইতাও ঐগীদি মীতৈ শবেং ওইনবু থৌবাংবীরম্মো। য়াইফরে। ইতাও! ঐ অমুক খেঙ্গাবগে ঙসি নোংদগী হুমনি শুবা কোরৌদা খোংদোইরবউকো অসি রাবু হায়দুনা দেবীপা মোংবা ওন্না খোঙ্গাথরে।

হুম্নিশুবা কোবৌনি। লুখোই দেবীপাগী মোংবা মগ ইদা খোঙ্গারক্লে। লুখোইনা তৌবা মতৌগুম দেবীপান্স চরুদা লাইরা শোন্দুনা শবেং মতুপকুম করুগা য়াংলৌ শরেং থোংবগুম থৌবাংলল্লে। থৌবাংবা লোইরদুনা মতাও লুখোইবু কৌশিন্দুনা তরা চিন্দমমিন্নবা হৌরে। লুখোইস্মু অরাং কেক্রু অস্মুপ্পগী লাংওন ওইবনিনা, চিন্দম্নবা লৌথরকপা এঙ্গাংদু চরুনি হায়বা খঙবদগী চিন্দম্না ঙমদরে। মতুদগীদি লুখোইনা—ইতাও! নহাক কনানো হায়বদু ঙসি কোরৌ নোংদগীদি ঐনা খঙজরে, হয়েং থৌরম থৌদা কয়াদা অঙন্সা তেবাংনসি য়ারা অসি চিঙ্গোইরম্লগা লুখোই ময়ুম মোংবদা খোঙ্গুম্লক্লে।

অস্নুম্ন লৈরকপনা, গরিবনিরাজ সনা হাক্তুতদি। মীয়ানচা শান্তিদাসকী থোইনশিন্দগী নিংথৌগী অঙম্বশিংগী খুৎশু চিন্দোনদা ইপু খোংনাংথাববু মীতৈগী পুরারীশিং (পুয়াশিং) বু রামান্দি ধর্ম্মগী ময়েক্কা শেমদোকউ হায়না য়াথংবু পীরকখি। মতৌ অতুদা ইপুনা পানহৈবগী হুইরোইশা! চীংঙনা থাবস্না পুয়াবু ঐনা রামান্দি ধর্ম্মগী ময়েক্তা ওম্মোকপা হাঃ হাঃ হাঃ অস্নুম্না তৌরুবদগী ইপু খোংনাংথাবা নিংথৌগী চৈরাক ফংখ্রে।

নিংথৌনা মনাই মশলশিংবু থাদুনা মাইচৌ তরেৎপু

কৌখংলুনবা য়াথং পীখ্রে। মনাইশিংনা থিরুবদা মাইচৌ তরেৎমক মাগী মাগী মোংবদা অমত্তম্নু লৈরমদরে। অস্নুম্না, মনাইশিংনা নিংথৌদা হঙ্ৎলে। নিংথৌনা কনা লৈবগে হায়তুনা য়েংলকপদা, মনাই ওইরবা খ্বাই কেকুবু থেংনতুনা, নিংথৌগী অমং য়াইথোং তানশম (কমুং) ফমমাওদা পুয়াশিং (পুশিংনা য়ান্নরবা য়ান্নাশিং)বু রামান্দি ধর্ম্মগী ময়েক্তা শেমদোকহনখ্রে। অস্নুম্না, কম্মাণ্ডদা শেমদোকখি হায়বদগী পুয়াসিবু "কম্মাণ্ড পুয়া" হায়না কৌখিএ। মতম অতুদা নোংমাইথেম লুখোইদি অন্নাং কৌক্রু অঙ্গগী মগাইদা লাইনিং পরৈ চঙতুনা লৈরি মহাক্কী পরৈদা খ্বাই কেকুনা পুয়া শেনদোক্তুনা খোরি ময়েক তাতুনা লৈবম্ভু উরে। অতুদগী লুখোইনা য়াঙ্গোই শগোল তোংতুনা খোংলেঙলক্লগা নিংথৌগী শঙলেনম্নুংদা চঙলকতুনা খ্বাই কেকুবু চিংতুনা পুরক্লে। মহাক্না (লুখোইনা) মাগী য়াঙ্গোই শাথৌ শাজৈদা লাইরা অমা শোল্লগা কন্দুনা খ্বাই কেকুবু থব্রাই মিরেল হামচৎননা থনম্লগা অঙুম খোংদোইখ্রে॥

মতম থরা লৈরগা, ইপু খোংনাংথাবনা থেংনরবদা কেকু নংনা পৎতুনা তাবা মফমদি হয়েং চকনা লোইরমদাই কাওবদা কেকু পং হায়বা মিংথোলসি কৌনহৌরসন্নু হায়খিয়ে॥ ময়ামগী শপান-থোংদা ওসি কেকুপাং হায়না খঙনরিবা মফম অসিনি॥ কেকুবু থব্রাই মিরেল হামচৎননা থনম্লিবসি কনাননো হায়না য়েংলকপদা ইপু খোংনাংথাবনা খঙলে লুখোইনা তৌবনি॥ অসিদগী লুখোইবু কৌতুনা খ্বাই কেকুগী থব্রাই মিরেলবু অমুক হাপহন্দুনা হিংগৎ-হল্লবদা মাগী মাগী মোংবা মগাইদা খোংদোইনখিয়ে॥

অসুম্মা লৈরকপনা লুখোইনা থল্লকই— ঐদি তাইবং চিঙ্গাকপু চাহুনা লৈকরবনিনা শাথুম্বগী মতম ওইরক্লে, হকচাং পোলাং অসি তাইবংলেন্দা থনম্লগে।। কোরৌ নোং অমদা, মাগী থরাই মিরেল হামচৎলবা হকচাং পোলাংবু মোংবা মরানযাইদা থন্নগা কৌক্র হারম তম্না খোঙ্গারক্লে।। মপুগী নোংদম মতুং ইন্না শমু লমথাং লোইবী লাঙ্গোলদা লাঙ্গোল লাইরেম্বীবু থেংনরে।। চীংগু কক্তা লেঙ্গানি।। লাইরেম্বীমু লুখ্রাম্নীডদা চল্লু হাযবা পরম লৈবদগী লাইরেম্বীনা লুখোইদা কারেম্মনা চিঙ্গোইরকই লুখোই নংবু পোইরে কৈদা খোংদোইদোরিবনো? লাঙ্গোল চিংগী পনকোই নুংদা নহাক্না ঐবু ফাব ঙম্মবদি নহাক্কী তালোই ওইবিগে।। অসি তাবদা লুখোইনা হাযকদে, ইমা লাইরেম্বী। অতুম যাম্রান নডে লুখোইনা লাঙ্গোল চিংগী পনকোইনুংহু য়াম্র অমা শোন্দুনা লাং থাকচিনখ্রে।। লাইরেম্বীনা লুখোই ঐ মাঙলগে যিজবো অসুম য়াম্রারম্লগা মাঙখ্রে।। লুখোইনা লাইবা অমা শোল্লহুনা লাং ক্ষুমু অসুম অসুম খোমজিল্লগা লাইরেম্বীবু ফাবে। হাযনখিব লাইগী যাম্রা ওইবনা লাঙ্গোল লাইরেম্বী লুখোইগী তালোই ওইখিযে।।

মতমগী মতুং ইন্না শাথুপলমদাও মতম ওইরক্লবদা কংলৈ মাইচৌ তরেৎমক বারোইচিংদা ক্ষের চামিন্নখি।। ইং কুমজা ১৭৪৯ গী ইঙাগী থাবাল ২৯ নি নোংমাইজিং কোরৌদা (ইপু খোংনাংথাবগী পাউতাক তুংইন্না) লাঙ্গোল চিংদা লীথালোং ওইনা লাংওনহুনা "লাঙ্গোল লুখোই" মিংথোন্দা অরাং হাবম ঙাক্কুনা থুপখিযে।।

---

# মোইরাং ললহানবা

ক'লৈপুং লৈময়োন্দগী পোইরৈ অতাম্বদা শম্থোং পাংনা লৈবা মোইরাং কোবা পনকোইমুংদা, চীংঙু মাইচৌ ললহানবা ইং ১২৭৭ কী হিয়াঙ্গৈ থগী থাম্মু (থাবাল ২০নি) য়ুমশকৈশা কোবোদা তাইবং মীকপ থোকখিয়ে॥ মাবু পোকপা পম্থোগী কোলোয় দ মো'রাংথেম মোবা অদুগা পলেমগীদি হঙারৈ হায়না মিংগৌনৈ॥ তালোংগী কোলোইনা মেমচা হায়নবু মিংগৌনৈ॥ মহাক চীংঙু থাংজিং য়াইবিরেলনা তাইবং মীওইপোক্তা লাংওন্দুনা তাইবংলেন্দা থোংদারকখিবনি॥

চীংঙু লাই ময়াম্মু কোংনা লেঙনা পাল্লি, হায়দুনা চীংঙু থাংজবু "ইবুধৌ থাং জং কোযরেঙলাই" হায়বদগী অমুম থৈথরক-তু। '...কোয়রেললাই" অমুম্না খঙনখিবনি॥ অসিগুম্না, চীংঙু ললহানবমু—শা-লালদা, খুংগু-খুংলাইদা, মুরা— কাংজৈদা অমবু ওইরবমু অমবু ওইনবমু লল ল) খুদিংদা হান্নবা হৈজদুনতা ল'ক্লে; পরম অসিদগী ললহানব (ললহানবা অমমুং ললহনবা) অমুম্না কোলোয়খিবনে॥

মহাক অসি চীংঙুগী পরম ইরাৎ-থৌন্নিরোল কয়াদমু হৈথোই শিংথোইবা ওই। অসিনা প্যারি নাব্রা ওই রাঙদগী কাংলা ইমুংদা থৌরৈ—থৌদা পাঙনা হৈরকখিয়ে॥ অমুম্না, কাংলাগী থোদা পুহনা লৈরিবৈ চীংঙু থেংউল্লথাবগা মহৈ তান্নখি॥

---

* মহৈ তান্নখিবগী য়ারি অদু দ চীংঙু থোঙনাংথ বগী মতাংদা পনজখিবনা মফমসিদা পনজদ্রে।

খোঙলৈথাবনা মঙোন্দগী মহৈ হেন্নবত্থদা য়াম্মুং হায়না মিংগৌখি ।। অসিগুম্না অমগা অমগা চেংলৌ শক খঙনরক্লনা থংমুন নাউমুন ওইরবা মাইচৌ তরেৎ অসি মকুপ শায়হনা তিন্নরকপিবনে ।। মহাক অসি নিংথৌগী অমাইবা ওইবনিনা কৎলাদা অত্থুম লৈরকখি ।।

গবিবনিৱাজগী সনা হাক্তক্তা মীরমগী পণ্ডিত শান্তিদাস গোসাই মনিপুরদা অমুক চঙলকখি।। হাক্তকসিদা নিংথৌগী থৌওংদি লৈবাক অসিদা ৱামান্দ ধর্ম্ম শন্দোকতুনা কংলৈ ইনাৎকী ইৱাৎ থৌনিগী ওইবা চৎনরোল পুন্নমক মরু কুন্না মুথৎপনি ।। শান্তিদাসনা কংলা ইগুং য়ৌশিল্লকপদা অহানবা শাথেংনবা মাইচৌদি নিংথৌগী অমাইবা ওইবনা চীংঙ্ ললহানবনা ওইখি ।। কংলৈচাশিংগী এলংতৌঙদগী লৈজবক্লবা পারী পুৱী অমদি লাইনিং লাইশোলনচিংবা পরম কয়াদা মহাক্না শান্তিদাসকা নিঙাই-শংদানরকখি ।। অত্থবু, পামহৈবনা (গরিবনিৱাজনা) শান্তিদাসকী চীরোল ইন্দুনা ৱামান্দি ধর্ম্মদা পুক্নিং লুপখিবনা ললহানবগী য়ারাশিং অত্থ থৌত্থদা (মুঙদা) ঈশিং চাইরগুমখি ।। "পামহৈবা" হায়বদি অনৌঅনৌবা পামগনবা চনিং ইতা তাদনা মিৎয়েং শাঙথেরুবা অমবু হেক্তা পান্না হৈনগনবনি ।। অম্মুন্না, পামগনবদগী মীগী তালোই ফাওবা পামশিল্লুহনা মপুৱোইবা হাত্তোক্লগা লৌখিবগী ৱারী ফাওবা লৈরিবনি ।' মহাক্না ৱামান্দি ধর্ম্মদা অম্মুক হকচিনখিবসি, মীয়ানচাগী (মীতোপকী ঈ য়ানশিনবগী) পরম লৈবননি ।।

গরিবনিৱাজনা মহাক্তা নত্তনা কংলৈচাশিংবু হুপতুনা ৱামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌহন্দুনা ইনাৎকী লাইনিং লাইশোল হোংদোক্লনবা

নমদুনা থৌরৈ থোদা কয়া পাওবা থোরক্লে ।। ললহানবা মাইচৌবুসু লাইনিং অসিগী পরৈ ইমনবা থৌওং কয়া ননশিল্লক্লে ।। কংলৈচাশিংগী এললহৌঙৈদগী চৎনরক্লবা লাইনিং পরৈবু য়েৌনা পাইমা চেৎনা থাগোনজরবা চীংঙু লাইগী লাংওনসু ওইবা মাইচৌ অসিনা ইনাংকী থৌরৈ থোদা কন্ননবা থরাই থুবাক্তা হাপতুনা মতীঙ উংখি ।। পরম অসিদগী ললহানবা নিংগোগা য়েরবা ওইনা থোকখ্রে ।।

রামান্দিদা পুক্লিং লুপ্পবা নিংথৌনা শান্তিদাশকী ফত্ত রাখলদা তুংইনখিদুনা, মহাক্কী য়ারাবু য়াইফদনি থন্না চীংঙুগী য়ারাংপুম সৌখি ।। শান্তিদাশনা অসুম মীতৈ মাইচৌশিংগা হুয়েন লাল্লোং কয়া শাথেংনদুনা লৈবসিদা মীতৈগী ইরাৎ থৌরম লাইনিং লাইশোলগী থৌনিরোল কয়াসি মাঙহনবা রানা থোক্লগনি হায়বসি নিংথৌনা উরক্লে ।। অসিদগীদি মহাক্না মীতৈগী পুররী পুয়াশিং, চীংঙু লাইনা লেংবা লাইগী লিককুম্বা লাইরিকশিংবু থাম্বী চংদুনা মরু ফংনা মাঙহন্নবা থৌশিল কয়া তৌরক্লে । মহাক্না হাংরকই— মীতৈ নিংথৌ গরিবনিরাজ মহারাজ, নিংথৌনা রামান্দি ধর্ম্মদা লাইমিং লৌরবনিনা মহাক্কী হায়মী মীতৈগী ইরাৎ থৌনিরোলগী ময়েকশিং অসি মাঙহন্নরবদি লৈবাক মীয়াম ফপনা রামান্দি আসবু চৎহনবা অসি ওইথোক্লরোই ।। অদুন, মীতৈ নথোয়গী হন্নগী লৈরম্লিবা পুয়া পুম্বা নহাক্কী রাথংনা থোমগৎনবা থৌরাং তৌরশি ।। অদুগা পুয়াশিং অসি থাম্বী মৈ চংদুনা ময়েকশিং অসি মাঙহনগ্রস ।। নিংথৌসু রামান্দি অসিদা পুক্লিং হকচিল্লুংনিনা শান্তিদাসনা

হাম্ববা থুদিংনা অকবনি; অম্সুম তৌরবদি মীতৈ লৈবাক মীয়াম পুম্বনা রামানন্দি ধর্ম্ম চৎলগনি অম্সুম্না প্যাইমা রাখলদা মনিংশি॥ অযোধ্যাগী রামনা অথোইবা লাইনি লৌদুনা রামগী কোলোয় শোম্দুনা পুন্সি লেনবা হৌরকখি॥

মীতৈগী লাইনিং লাইশোন ইরাৎ থৌনিলোলগী পরম কয়া ওাক্লা লৈবা মীয়ামবু মীয়ানচা অসিনা পুশিল্লকপা পরম অসিগী তুংইনখিদনবা থৌরৈ থৌদা পাওলিবসি মাইচৌশিং অসিতা মওাইরে॥ মরম অসিদগী অহানবদা মাইচৌশিং অসিবু রামানন্দি ধর্ম্মদা লাই মং লৌহন্নবা শান্তিদাসনা নিংথৌদা কন্না তকশিনবা হৌরক্লে। থৌরম অসি নিংথৌগী অমাইবা ওইরিবা মোইরাং ললহানবদা ইহান হান্নবা থুখায়রক্লে॥

শান্তিদাসকী চিরোল তুংইন্না নিংথৌনা মাইচৌশিংদা পুয়া পুন্নমক খোমগংনবা শিন্থাদুনা থোমগৎখরে॥ অম্সুম্না, পুয়াশিংবু থোমগৎলগা থাম্বী মৈ চওনবগী থৌরম তৌরকপসিদা চীওু ললহানবনা মতীও থোক্লা য়েংখ্ৰ॥ নিংথৌনা, পাওগে লিওলকপা থৌরমদা অপনবা ওইরে থনবদগী মহাকপু কাঁসি পীদুনা অওাং ওনহুলখিনবগী য়াথং পীখি॥ নিংথৌগী য়াথং তুংইন্না মনাই মশলশিংনা ললহানববু কাঁসি তৌননবা থৌরাং তৌখে॥ চীংগু ললহানবস্ম মীয়ানচাগী লাগনিং পরম ইনগদবগী শরুকপুদি কাঁসি শগাই কাবদুনা হেন্না হরাওনা য়াখি॥ অম্সুম্না, কাঁসি থৌরাং লোইরবদা খওহৌদনা ইপু খোওলৈথাবা খাওরকদুনা নিংথৌবু

থাম্বী মৈরিনা কোইশিন্দুনা থম্বগী য়াবী মথক্তস্থ পনগ্রে ।। অস্থুম্না নিংথৌনা ললহানববু অত্তাং ওন্সহনবা ভমথিদে ।।

অস্থুম্না, অম্বাবা কয়া শাথেংনহুনা মতম কয়া হিংললবা মতুং শাথুপললমদাই মতম য়ৌরবদা মাইচৌ তরেৎমক পুম্না যারোইচিংদা ক্ষেব চাথিয়খিয়ে ।। মহাক ইং কুমজা ১৭৪৯গী ইঙাগী থাঙ্গ (থাবাল ১৯নি) নোংমাইজিং কোরৌদা বাঙ, পনকোইম্বুংদা লৈহাও পাম্বী ওইনা লাংওন্দুনা শাথুপথিয়ে ।। ইপুগী শায়োল লৈহাও পাম্বী অসিনা লৈরাং অমত্তং লৈপাৎ তম্নবা অমদি পামেলগী অকংবা উপাদা অনৌথ য়েন্নিং হল্লব্রবা য়াংলেন্দা ইপুগী লাং-ওননা তাইবংলেন্দা থোংদারব্রবনি হায়নস্থ ইপুনা তাকপীরমথিরে ।।

# দেবীপা ( তেপীপা )

কুরুগী শিম্বা তুংইন্না নোংপোক অপানবা নোংমাই লৈহৌ অমাইবনা মীওইপোক লাংওন তৌহুনা খোংঙাখুল হায়রিবা হাওবা খুল অসিদা খোংঙাখুল দেবীপা হাওবা ওইনা তাইবংলেন্দা খোংদারকখিয়ে। মহাক ইং কুমজা ১২৭৭ কী মেরাগী থাবাল ৫নি লৈবাকপোকপা কোয়েৌদা তাইবং মীকপ থোকখি। মহাকপু পোকপা পম্মোগী কোলোয়দি খোংঙামপা, পলেমগীনা চীংঙু খুমাকপি হায়না নিংগৌনৈয়ে। তালোয়গী মিংনা তাওরৈমা অমুরৈমা কোলোয়নৈএ।

কংলৈগী লৈময়োনগী কুম্মৈ মপুংকানবা নোংখৌ তর লেন কুরু শিদবনা লাংওনবা নোংপোক মালং হুমওইপা হায়নসু মিঙ্গৌবা নোংপোক অপানবা লৈহৌ অমাইবনা নমু ওইনা লাংওনগে নিংখিবনি। থৌওং অসিদগী নিংথৌরোকী লোকমাই চিংশাংদা চুমপ্রেম পাঙ্গনবা নোংপোক অপানবগী খুভমলেন অসি লৈখ্রিবনে। পরম অশুম তৌহুনা অপানবগী য়াইবিরেন্না চোংশিন্দুনা অভাং নরা দেবীপা অসি হাওবা ওইনা শাংখিবনে।

মাগী কোলোয় দেবীপা ( ময়াম্না তেপীপা ) হায়বসি করম থোনখিবনো হায়বগী মরমদি 'দেবী' হাওবা মপুবোকী ওরোল মিংলেন ইন্না পম্মৌ ওইরবা চীংঙু অপানবগী লাংওনবা মহাকপু 'দেবী' কৌই। দেবী হাওবা যুমওইবা, মোংবা-য়াংবা, তুয়াং

তুশেংবা. থুঙ্গং থুঙ্গং খুদিংদা মীচৈ মীঙম, তুঙম পোকপা ওইনা, নোংশম ইঙ'ম কিরাক থাইবা ওইনা লৈরক্রবা মহাকী শঙলেন্দা নোংপোক লৈহৌ অমাইবগী লাংওম্না চঙলগা পোকখিবা অঙাংনে দেবীপা অসি।

মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদগী নোংপোক লৈহৌ অমাইববু নিংজরকই। মহাকী লাইনিং মওংদি কোরৌ মশেক লাকত্রিঙৈ লোইবী চিংয়াদা লাইজ্র ইপাল লাংলগা নোংপোক অপানববু নিংশিংহুনা থৌনিজ্ববনি। মহাকী থৌনিবা অসিদি, মশানা মশাবু নিংজবা মওংনি।

মহ'ক অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হাওবা খুলেন খোংঙাখুল অসিগী থৌওং থৌদা কয়াদা অথং অহৈ অমা ওইনা লৈরকখি। হাওবা পনকোইস্নুং অসিদা, খারি পামযানবনচিংবা থৌরৈ থৌদা কয়া তৌহুন' লেপ্লকখি। কংলা ইস্নুংগী থৌরম কয়াদসু অহুমক কাইদনা কাহুনা থৌরৈ পাঙলকখি।

নোংমগী অস্থম অস্থম চাউরকপনা শংম্বা পাঙ্গল কল্লক্রে। চীংঙুন্নী লাংওন ওইবনিনা থৌরম থৌদা কয়াদা চীংঙুনা তেংবাং পীরকখি। চীংঙুগী লাংওননি হায়বসু মশা মতোমদা পাইমা উনগোইস্নুংদা থনজ্বরকখি। নোংপোক লৈহৌ অপানবনা—মপারি ওইরবা দেবীপানা মহাকপু চেংলৌ শকথংলত্রা য়েংলগে থন্দুনা নিংথৌরোক্কী লোকয়াদা থৌহু স্নুংবী ওইনবু শক্কম ওন্থোকতুনা লৈরে। মপারিগী মংলান্দা মহাক্তি নিংথৌরোকী লোকস্নুংদা থৌহু ওইনা লৈরে তাকপীখি।

দেবীপাবা মীকপ থোক্লকপদা মপাগী পাওভাক মচুংইন্না পম্মৌগী চেংদৌ শককোংলগে, মার থোঙুল লিক্লগে অম্মুম থিজিন থরে। ইচুং তাম্লে। মতাং মুথঙ্কা ( মতমদা ) মহাক্না লাইজ ঈপাল লাংলগা নিংথৌরোকী লোকচুংদা থোঙারক্লে। লোকচুং অসিদা অম্মুম চংশিল্লকপনা— মহাক্না, পম্মৌ নোংপোক অপানবগী শক্তম ওইরবা থৌমু অচুনা শাংথ য়াতারবত্তবু হকথেংনজরে। বাংলেনসিদা দেবীপানা—ইপা ইবুংঙো, নপাম্মিদি ইপাবু কোইনা থিজরকপনি কুবিশ্লু: অম্মুম পুনেমথিয়ে। অচুদগীদি মহাক্না, হয়েং লাংবচক্কী মতম কাওবা "দেবীপা" গী মতিক খঙহৌরসনু মতাঙুম, মপা ইবুংঙোগী লাংওন শক্তম থৌমু মুঙ অচুবু শমু মনমগন্দা পোরক্লনা হোই হা লাউরক্লনা লোইবী চিংয়াঙ তাম্না পুখৎলকখিয়ে। মহাক্না লাউখিবা হোইগী শৈরোলদি :

তেং-তেং, নোংথৌ মীপাইবনা
লোংথৌ লোংলী পেতং পেং
হাওবা তনি চুই থা.
থোংভাথুল দেবীপা
শাম্বা হইয়েল লাল্লোইবা
শাম্বা ময়েং তাহনবীগনো।
ঈপাগী থৌমু মুঙবী অসে
নপারি নদাইরেম বাংমচানা
পুবা ঙম্বগু পীনবীয়ো,
ঐনা পুবগী থৌওংসু, ইতিক লৈজসে

ঈপা ইবুংঙোনা কুবিয়ো;
নপারিনা পুজগে
শাম্বা পাদল পীনবীয়ো
হোই-হা, হোই-হা।
হাওবা ময়েং তাইনবীগনো
নদাইরেম মাংমচাবু
অমা ফিদোম লাংহনবীগনো,
হাওবা খুল্লা পোকপনে
নদাইরেম নগুবু কুবীয়ো;
হোই-হা, হে-হৈ, হা-হো,
নদাইরেম্বু কুবিয়ো কুবিয়ো।
হাওবা খুল্লা পোকপনে,
নোংমদা পোকপা মচানা
নিনি শিবা হোঅগে,
নোংপোক অপানবা, নদাইরেম্বু কুবিয়ো,
হাওবা ময়েং তাইনবীগনো
নগু নচুবু কুবিয়ো।
হোই-হা-হোই
হোই-হা-হে
হে—হা—হোই,
নোংপোক অপানবা, নগুবু কুবিয়ো।
হোই—হা—হৈ, কুবিয়ো

হোই—হা—হে কুবিয়োঃ
হোই—হা—হোই
পেতং পেতং তনি চুই।

অস্নুম তৌনা খোংঙাখুল দেবীপানা থৌদু অসিবু পুখৎলগা লোইবী চিংথক্কা য়ুংহুনা থমখিয়ে। মশাগী মীরেপ অরাংবা খুদুপ তরুক মথাইগা খুদোল মরি হেন্নবা অসিদগী থৌদু অদুগী অরাংবনা থরা হেল্লি (মালেম লৈরোল চনখিবা শরুক থাদনা লৈমাইদগী রাংবথক্নি)।

অসিগী তুংদগীদি, কোরৌ মুমিৎ খুদিংগী খোংঙাখুল দেবীপানা মুংবী অসিগী মমাংদা খুকউ খুদক কুন্দুনা থৌনিজবা হৌরকখিয়ে। অস্নুম থৌনি খৌনিনা তালোই তুইন তমখিয়ে। পাংল শীংজা কানথং হাইদৎতুনা থারি লৌকম শেমতুনা লৌয়ান শিন্থাস্নু মপাঙখি। মহাক্না থৌরৈ থৌদা অয়াম্বদি অথাংঙম্বা (থাংজা) কোরৌদা মপাঙঙে।

নোংমা অথাংঙম্বা কোরৌ অমদি—মহাক থৌরৈ থৌদা থরা কন্না পাঙলুবদগী লাইজ কন্না থৌরাংলক্লে। লাইজ ঈথোং অদুস্নু পোইরৈ অতাম্বা অরুবা লোকথাদা চেনখিবনা খোংদোইবগী খুদোং-চাবস্নু লৈরমদে। হেন্না হেন্না ইথৌ লাঙলকপদগী দেবীপানা মপা ইবুংঙো নোংপোক অপানববু থৌনিরকলে। মপান্নি ওইবনা নিজরক্লবদা মপা ওইবা কনানা করম কুবিরোইদগে। মমা ইরাই-লৈমস্নু মাগী মীচংদা লৈরিনা, মাগী খোংস্নুং ঈয়ৈ তুরেলনা চেন্নিবা ইরাইলৈমা লাইজবু খুদোঙ্গীদা য়াবা অমা শোল্লগা হাওবনা—পলেম ইমা ইবেম্মা, নপান্নি ওইবা ঐদি লাইজবু থৌরাংঙে।

অমুম চিঙ্গে।ইরকপদা ইরাইলৈমনা চিংয়া তম্না খোংদোইবিরক্লে। অমুম্না খোরৈ থোদা পাওলিবা মচা দেবীপাবু লাইজ পীবুক পেম্নবু চিংদমতল্লি! মপারিবু পেম্না লাইজ পিথক্লংদা তুংদা, ইরাইলৈমনা পাউমেল্লকই— 'পারি নোংয়াই। লাইজ পিবুক থংব্রা? নমা ঐহাক য়াঙ্গোই খোঙ্গারগে"। দেবীপানা—পলেম ইমা পুকতপ্পী নপারিবু কুবিয়ু পেম্নাইদবা পীবুকসিনা খোরাংমনবদগী ইমাবু কৌজবনি। পলেম্বু খামজবগী নপারি ইত্তিক লৈজদে। নপারিদি হাওবা চিঙ্গাক চাবনি, পুকয়ু-রাইয়ু থকতুনা চারুম-ফিনম্বা ঐনি অশোয় অরাল কুবিয়ু। অমুম পুনেমজরিয়ে। অসি তা দা ইরাইলৈমনা - নোংয়াই, ঈহু! ইশু পারি নোংয়াই, ইশাবী ইশানৌগুম্বা পারি, ইপুরোইবা হায়নসু মিঙ্গৌরগে। পারিনা রারক্লবা মীকুপ্তা নমাবু থোনিরকউ, লাইজ খিক্লেন ওইনসু খিক্লকেকো নোংয়াই। বারম অসি কাওলম্নগা ইরাইলৈমা পুকপ্পী ঈয়েরোমদা অমুক চেনথব্রে।

অসোমদনা নোংমাইথেম য়েকচা শলাইদা চীংগু লাংওন ওইনা পোকখ্রব লুখোইনা অথঙ অহৈ অমা ওইনা কম্না খোগং-লকপা মতমনি। মহাক ওজা কুক্ক নাইনা মহৈ কম্না তম্নকখ্রে। মথক্তসু পনজখ্রে, মহাকী ওজাদি চিঙ্গাংবম মোয়ানি। নোংমা ইথঙ থংহৌদনা মহাক খোংতাখুল দেবীপাগী খুলেন্দা খোংদোই-রকতুনা চেংলৌ শকথঙ মায়থঙনথিয়ে। মখোয়নি লোয়নরকপগী রারীদি চীংগু লুখোইগী মতাংদা পনজখ্রে।

মহাক য়েন্দা অঙনবদা নোংপোক অপানববু খোনিবদি লেপখিদেয়ে। অমুম তৌনা মহাক মৈদিগু মোইরাম্বা হাক্তক্তগী

গরিবনিৱাজ হাক্তক ফাওবা কংলৈগী থৌরৈ থৌদা য়াওরকখিয়ে। মহাক্কী মচান্নুপা অমা মচানুপী অমা পোকখি। মচানুপাগী কোলোয়না হোংবা (অমুরেং) হায়না কৌই। মচান্নুপীগী মিংলেনমা হোংবী (অমুরৈমা) মিঙ্গোনৈয়ে।

গরিবনিৱাজ সনা হাক্তক্তা মতমগী খোংলৈ লোইরক্লহুনা মহাক শাথুপ্পা মতম ওইরক্লে। বাংলেন অসি য়েৌররবদা, মপ্পা ইবুংঙো নোংপোক অপানববু থৌনিজরকই— ইপা ইবুংঙো চিংঙু শিদবা নপারি ঐদি পোইরৈ কৈদা শাথুপকনি? মপা ইবুংঙো অপাম্বনা চীংঙু মাগী সনা খোংলুংসু নকশিল্লকপদা লৈব। অঙাইথেল (সঙাইথেল) খৈদেন কারকখিগনি। পরম অসি লৈবনা নহাক্তি হুয়েং লংবচক ফাওবা লৈরগদবা মাক্ত লমলেনগী লময়াইদা পামেল হৈবা ওইনবু লংওন তৌহুনা লৈযুকো, অদুম্মা শিন্থারকখিয়ে। অদুগা লাইজ ঈপোয়রক্তা অদুম্মক থুম্লগা মানেমসে লোইরকপা তাঞ্জাদা ঈপা ঈচা উননি। অসি পরম অসিদগী; ইং কুমজ্জা ১৭৪৯ গী ইঙাগী থাবাল ২৯নি অমাইজিং কোয়ৌ নোংদা মপাগী য়াথং তুংইম্মা খোংঙাগুল দেবীপা শাথুপখিয়ে।

———

# খারম খাদোই

কংলৈপুং লৈনরোলদগী নোংচুপ হায়ন পাংনা চংলিবা খাংদৌ চংথী ( হৌজিক্কী কাছার রোড ) গী ভাগ্রম চিংজেল খেলদগী খরা ছাইথরগা লৈবা খারম হায়রিবা পনকোইনুংসিদা ইং কুমজা ১২৭৭ কী হিয়াঙ্গীগী খাবাল নিনি নিংথৌকাবা কোরৌদা চীংঙ্, খাদোই তরংলেনদগী লৈশাং ওমখিয়ে। মহাক চীংঙ্গী মচানি, তাইবংলেন অসিদা পলেম পন্থৌ লৈংতে। অভাং নত্রা ওইরিবৈভেদগী নাওথোক নাওকোনবীরকপা ছাওবা খুল্লাকপগী কোলোইদি শামৈরাং, খুল্লাকপীগীনা চীংগুরাকপী হায়না মিঙ্গৌনৈয়ে।

খাদোইগী লাংওন মপোক্তি বুরুনা মালেম লৈশেম্বা, লৈশেম্বী, লাইবুংথৌ মাপল, লাই নুরাবী তরেং পুথোক্তিবৈভেগী মমাংদা মালেম তুংখোং শেমখিবা ইবুথৌ "নাওদিখোং পাখংবা" গী শায়া চোংথোকখি। মথংগী লাংওনদা "উন্না কোন্থৌবা" ওইনা থৌরৈ পাংওমলে। চীংঙ্ পীবুকনুংদা পাইমা মনিকশানা "পোন্থী লুন্নাওবা" ওইনা অমুক লাংওনখিয়ে। অতিংকোক বুরু শীদবগী শিন্থা তুংইন্না কংলৈগী থৌদাগীদমক নমু মাইচৌ অখারম খাদোই ওইনা তরংদগী অহুম্মক খোঙদারকখিবনে। মহাক অভাং নাবা ওইরিবৈভেদগী মদাইরম পনকোইনুংগী শাম মথশিংগী মরক্তগী (চীংঙ্গী লাংওন ওইবনা) মহাকী তোপতোম্বা হৈখোই শিংখোইবা অহুম্মক লৈ। খারম পনকোইনুংগী নমুশিংনা, "মহাকপু কনাগী চংদা .

লে দানে, পোইৱে কৈদগী খোংদারকপনো" হায়বা খঙনখিদে। ... দগী, পলেম পম্বো মশক খঙপ্রবা নরা অসিবু মপারী অমত্তা শাত্রা থুনগী থুংপুরেলনা নাউয়োক নাউকোনজবগে হায়বদগী থুনব্রাশিংনা হরাওনা য়াম্নখিদুনা, থুনপুরেলগী মপাইদা খাদোই হিংলকখিয়ে।

কোরৌ নোংমা নোংমা হৌখিবনা, খাদোই শাম্বা শারেপ হুইতন মাউহই ফারক্লে। কোরৌ নোংমদি ইপুনা চীংঙু মখি খোঙলগে খন্দুনা খারম পনকোইম্বংদগী লোঈবী চিঙ্গা য়াঙ্গোই খোঙকাপ নাউহুই তমখ্রে। মোংবা পনকোইমুং অমদি খারম লমলেন থম্নমলে। কোরৌহনবগী মঙান্না মালেম শিনবা থুংনা মীংয়ে, শাংথৈরক মঙাং য়ুথক লোইরমদাই ৱাংলেন পুংকম য়েংলহুনা ইপুনা চীংঙু কুরু শিদবদা থৌনিজরক্লে। ইপা ইবুংঙো, নহু নশুবু কবিয়ো। ভাইবং নমু মীয়াম মাঙদা নপারি নহু নশুবু মিংচৎ উরোং পীনবীয়ো। অমুম্না, য়াম্না নীয়োন কাঙলহুনা অমদি পরৈ চংহুনা হুংগী কাঙলোন শাম্নরক্লে। অতিংকোক কুরু শিদবনা ৱাংলেন অসিদা মচাবু কুবিগে খনলহুনা শিম্বা নাহই তম্নক্ত। —ঈশাবী নোংয়াই—ও! নংদি ঐগী ইশাবীনে, অনিং থৌরৈ পাওজরো মিংচৎ উরোং খিনজরো। অমুম্না শিম্বারোলবু পীরম্নগা তরাংলেন্দা অহুম মাঙাখ্রে।

কুরুগী শিম্বা ফংলবদা খাদোইনা, পলেম মমা তরৈৎপু থৌনিজরহুনা কারা উতোং থুবোমমুক শাংবা অমা কক্লে। অমুকন্সু পলেমশিংবু থৌনিজরগা মাইকৈ মরি, শাল নিপাল শুংদাই মাপল,

হায়রোক তরাঁতরুকমক্তগী শাগী শারম লমওক :থৈ শমু খুবাক-য়াইদা মীৎেল মীকোয়রক্রে। লমওক থম্বলিনা পেনবা নাইদ্রহুনা শাগী শারম খদম্ন ক্বাংব্রা ব্রা উতোংহুদা লাইব্রা অমা শোন্দুনা হাপচিনজরে। কোয়োহনবা মাম্নু থোঙক্লাপ নাউক্তই তমহিহুনা চিংক্বাও নাপোম লেঙদবা লোইবী চিংগী মরুমদা থৈংখ্রে মহাকম্ভ মোংবদা খোঙ্গুনসকপনা পনকোইপ্পদা থেওজংলক্রে। খুলগী খুন পুরেলদা চিঙ্গোইরকই—পন্থৌ! শা শেম্নংবা নমু তম্বা শিঙকোক যাঙ্খেমুক্ক কৌবিরকউ। চহি কুঞ্জা তরামুকক্তী পাঙ্খক ওক্টরিবা খাদোইগী মতৌ উংদা খুনপুরেললা পইমা কোকলেনহুংদা অভকপগা লেয়ননা মচাগী খোরৈদদি যেংলগে মনিভখ্র। কম্বিনানে মসিগী অড়াংসিনা হায়রিবসিবো, শাপ্ত কদ্রিমত্তা পুম্নকপা উদে অহুগা খুনগী নী াম্বু শারম শেম্নবা হায়রিবসিনা পাইমা পীবুকহুংদা খগ্রহুন তম্ব শিঙাকোক যাঙ্খহু কৌথ'র। খারম খুনগী তম্বশিংনা খাদোই শা পুংখক্রো শেম্নসি হায়রক্রদ। তঙাং নাবাংক্লবা খাদোইনা মহাক্রা পাইরিব ক্বাংব্রা ব্রাগী উতোংহুদগী নিকথরকপদা শাগী শারম পুম্ব তারক্রে। তৌবৰা মতৌ অহু উংদা শামৈরাং খুল্লাকপ অমদি থৈরিবা হাওবশিংহুনা অভকপগা লোইননা হাংলৌ মথেল শেম্নহুনা তবা ঃথেল চিন্দমমিন্নথিযে।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা খারুম, কুমজা কয়া হৌখ্রে। মতমগী খোঙৌল তুংইম্না খাদোই চাউবা শারেপ ফারক্রে। মোংবা পুন্না থৈমিন্নরকপনা, খুনপুরেনগী মদোম শাংচবী মমোম লাংলেন ইঙা রাংতবীগা খাদোইগা ইকাই মুংশি পরৈনরকলে। খাদোইগী

থৌঙ্ থৌদাবু উবদা থুনপুরেন শামৈরাং খুল্লাকপা অমদি চীংগু-রাকপি থুল্লাকপীনা, মোংবা পনকোইমুংদা থৌরৈ থৌদা পুন্নিবা নমু শিংকোকখিং অমদি থুলগী অথঙ-অহৈশিংগা য়ারা লীরোয়দুনা চাকনৌ (চনৌ) য়াংলৌ মখেল লাংদুনা মপারি শরুক নাউ-য়োক্লক্লবা থাদোইদা মমোম লাংলেন তোমশাংনবীবু খন্ন ইংক্লা লৈহাপ ঈনিং তমদুনা লৈপুন লিক্লাং শেমখিয়ে। কোয়ৌ নোং অসিদগী শামৈরাং থুল্লাকপা, চীংগুরাকপি থুল্লাকপীসু মপারি শরুবা থাদোইবু মচা ময়া শরুক ফংজবদা থাদোই অমদি তোমশাংনবী মমোম লাংলেন ইঙা ৱাংতখী অনিবু অয়ুকীদি মুমিং ওই মুমিদাংগীনা থাজ ওই, মিংয়েং মনিং তমদুনা পীবুকনুংদা হিরি কোনজখিয়ে।

অমুম লৈরকপনা কোয়ৌ নোংমদি, শামৈরাং থুল্লাকপনা থাঙোইবু কৌশিন্দুনা চিঙোইরকখি— পারি নোংয়াই! নহাক খারি লৌফমু শেন্নবা লোইবী চিংমাইদা পাম হায়রুচো। য়ারা অসি তাবদা থাদোইনা মতারোই ইঙারাংতম্বীদা তরা ফুমাই হৌরুনব য়ারারকখি। অমুম্না, লৈমরেল শিদবীগী শায়া (লাংঙন) ইঙারাংতম্বীনা তরা ফুমাই হৌদুনা, য়াংলৌ মখেল লাংদুনা থোংবা থাকপা লোইরদুনা মপুরোইবা থাদোইবু কৌশিন্দুনা তরা চিন্দম-মিন্নখি। তরা চয়োম য়োম্বীরে! চয়োম অদুগা লোইননা থুংগু পায়রদুনা থাদোই খারি লৌগীদমক লোইবী পামহাইবা য়াঙোই খোংশানখ্রে। অমুম চৎনা চৎনা করম্বা চিংমাইদা পামহাইরগা কৌওইবী লাইরেম্মনা য়াতাদুনা মোংবগী য়াইফগদগে খরদুনা মীৎয়েং শাংথৈরকপদা অরাংথংবা চীংমাই অসোমদনা য়াইফবা তারে হায়না

পাইমা উনগোয়দুংদা লিরোনখিয়ে। অমুম্মা. মহাকী খুৎশুদা য়াবা অমা শোল্লগা মকম অহুদগী পাম হাইবা হৌরকখিয়ে। কোৰো মশেক থোক্লকপদগী হৌরকপহুনা কোরৌ মশেক্না চাইথরক্লবা রাংগেন্দা থাদোইবা থৌনিজহনা চীংঙ্ লাইয়ামু কৌরগা খারি পাম হাইরকপনা, মপু মনাই চঙহুনা লোকশা মাপল হাইরক্লে। কোরৌহনবা মাম্ব লেঙবা চিংজ'ওগী মরুমদা হাইথগ্রবদা চীংঙ্ লাইয়ামম্ব খারি লৌকনদগী থোঙগাখ্রে থাদোইম্ব মেৎবা, মশাইকোন য়োরকপদা নোল্লুকপা রাহৈনা মকু শামৈরাং খুল্লাকপদা—ইকু! খারি লৌয়ান পাম হাইবা লোইজরে, কৌওইবী লাইরেম্মবু থানবা ভৌরসি। য়াবা অসি ভাবদা মকু খুল্লাকপনা য়ারারকখি—পাম্রি নোংয়াই, নংমা নোংমথক হাইরুবা পামহুবু, কৌওইবী কয়াম থানগদগেনে? থাদোইনা—ইকু। নপাম্রিনা লোকশা মাপলবু হাইজরম্নে। অমুম্মা থাদোইনা হাইরিবা অহুবু উনবীদুংদা থাজদহুনা অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা হৌগৎহুনা খুনপুরেন্দনা য়েংলুরে। হাইরম্নিবা চিংমাইশিং অহু উবদা খুনপুরেল পাইমা পীরুকদুংদা অঙকপনা থনখিয়ে।

খুনপুরেলনা অমত্তা পোকপী মমোম অমদি চীংগুরাকপীবু কৌওইবী থপননবা পাউমেনথি। খুনপুরেলনা—চীংগুরাকপী! মহাক্না হাইরম্নিবা পামহাইসিদি নংমু উরবদি ঙককনি। নখোই অমা অনিদনা মকম অহুগী ওরুনবা কৌওইবিবু থপ্লদি ওইরম্নোই। মপাগী য়ারাহু ভাবদা মমোম লাংলেন ভোমশাৎনবীনা খুনগী মতারোই ময়ামগা লোইননা কৌওইবিবু থপম্নিম্নখিয়ে। কৌওইবি

খপ্পা লোইরম্বনা থাদোইবু কৌশিন্দুনা য়ারা খরদং লীবোন কাঙলকখি—নোংয়াই, করিস্নু লৈত্রবা পুন্নগী থৌরৈ খরদং পুবা ঐনা ইদু নঙবু কংবদি, য়াংলবা ইপাগী মগাইবু লাম্না ফংগদবা হেক মাল্লিহে। ইপাগী ইদু নোংয়াই ফৌওইবী খপ্পা লোইরে করম তৌগে হাযরিবনো? থুনগী নমু মহাক্নু চংদুনা ফৌওইবিবু পুগ-দৌরিব্রা? মকুগী য়ারাদু তাবনা থাদোইনা—ইকু ইবুংঙো, মযাম চংদুনা পুগদবা নত্তে থাদোই ইদো ম পুজগনি। অসি য়ারাবু হায়রদুনা থুনগী মীয়াম মমাংদা থাদোইনা কাংলাগী বা উতোং অমদা লাইরা শোল্ল-শোল্লদুনা যায়বা ফৌযাম অদুবু লৌনমক হানজিনখিয়ে। অশুম্না, লোকপা মাপলগী মক ইদুন তম্বা কোন্নব ফৌওইবিবু থুবোমমুক শাংবা উতোং অমদা লোইন হাপ চখিনা অদু উবদা থুনগী মীয়াম অদুনা থাদোইবু ঙক্না য়েংনখিয়ে। থাদোইনা য়াংলৌ মথেল খরগা লোইদুনা তরা চিন্দমগ মাগী তালোইনা য়ে হীবা তরা চয়োম অদুগা কংরা বা উতোং অদুগা পুরদুনা, মহাক্না হাইরখিবা পাম অদোমদা ফৌওইবিবু হুন্নবা য়াঙ্গাই খে ঙগাম্রে। মকম অদুদা মহাক্না লোশঙ অমা শারদুনা মহাক্না পুরক্লিবা চয়োম অদুগা ফৌওইবি উতোং অদু থম্লগা তাইহাক পুঙ্গায় শোথাজরে। মহাক্না উতোং অদুদগী ফৌওইবি অদু লোকপা মাপলদু শিনবা থুংনা য়ারা শোল্ল শোল্লদুনা চাই-থোকপা হৌরক্লে। মহাক্তি চীংঙগী লাংওন ওইবনা, মপু মানা থৌরৈদু পাঙবা উবদা, লৈমা তরেৎতগী থোইযুম ১০৮ লাক্নুনা ১০৮না খুজিংলবা লাইগী চানা লৌদা ময়াম চঙলদুনা থৌরৈ অদুবু

তেংবাংঙক্লে। থৌরৈ থৌবাংবা লোয়রহুনা পুরক্লিবা তরা চয়োম অহুনা পুন্না চিন্দমমিন্নরে। অহুদগীদি—চিং ১০৮সু মথোংগী মনাই-মঙলশিংগা লোইননা মাগী মাগী মগাইদা খোঙকাপ নাউহুই তমখিয়ে। অসুম থৌরৈ লোইরবদা থাদোই মাসু মোংবা মগাইদা খোঙগুমলকখিয়ে।

মোংবা ময়ুম মগাইদা মকু মনেম অনিবু থাদোইনা পুনেম-জখিয়ে—নপারি ওইবা ঐহাক্না থৌরৈ পুম্বা পাঙজরে খুনপুরেল অঙকপগা লোইননা য়াব্বারকখিয়ে—পারি, ইহু-ও! থৌরৈ করম পাঙবগে? থাদোইনা—পন্থো শক্রবা ইকু-ও। নপারি ওইবা ঐহাক্না লোকশা মাপলগী পামহাই অহুদা ফৌওইবিগী চাওদা লোইনমকপু ঈহুন তম্বা লোইজরে। শামৈরাং খুনপুরেল পাইমা উনগোইনুংদা অঙকপগী মতৌনি. অসুম শনজখিয়ে।

ইমুং ভান্রে। কোরৌগী অমেংবা মশেক্না তাইবং শীল্লক্লে। থাদোইনা নকুবোক ওহরিব। শামৈরাং খুনপুরেলদা চিঙ্গোইজরকই—ওরাং কোরৌদা ঐনা শাজরম্লিবা ফৌওইবিশিং অহু অনৌ য়েন্নিং তম্লব্রা য়াথবহু ইকুনা অমুক্তং থোঙ্গাবিহুনা মিংয়েং শাংথোবি ওদা। অসি তাবদা, শামৈরাং খুনপুরেলনা—ঙবাংতা ঈহুন তমখিবা ফৌওইবিশিং অহুনা মতৌ করম হৌরমগদগেনে পারি? অসুম য়াব্বারহুনা শামৈরাং খুল্লাকপনা, মমাংথাদা অঙাং অসিনা পাঙখিবা অঙক অঙকপা থৌরৈশিংবু নিংশিংলব্রহুন, মসিতবু য়েংসুরগে, পাইনমুংদা থলখিয়ে। খুল্লাকপা, খুল্লাকপি অনিনা তরা চিন্দম্লহুনা তর চয়োম পুরহুনা য়াঙ্গাই খোঙ্গারক্লে। মমাক থাদোইনা

ফৌওইবি হুন্ত্রপ্পা পাম য়োরক্লগা অঙকপগা লোইমনা শাথৈরাং খুল্লকপনা—য়েংঙুদো খুল্লাকপি, তোর ম্নবা খোরৈশংবু চীংঙু ওইরব্রা নত্রগা মহাকসিবু লাইরাবু হৈবরা ও। মহাক্কী থোরৈ অসিদি অঙকপঙাক মপাঙভিহে। মহাকপু পারি ওইনা ফংজবদি পুক্নিং খৈনা শেঞ্জিহে। খুল্লাকপিসু—মুংঙ ইবেহে। অসুম্না ফোগী ফেরোইশিংনা ঙাম ঙাম তৌহুনা লেবত্ত উবদা খুল্লাকপা খুল্লাকপি অনিনা অঙকপগা লোইননা মোমোন নোকচখিরে। মখোয়নিগী উনবীমুংদা অসুম্মসু খনজখি হৌরিবা ফৌওইবিগী থোরোয়শিং অসি ঐখোয়গীতা নত্তনা খুনশা পুম্নগীসু য়াইফরগনি। অসুম থম্না থম্না লেকপা মাপন্দু কোইরকপদা কোরৌহনবসু লেঙদবা চিংজাওগী মরুমদা খেংঙকাপ নাউহই তমথথরু, লোইনা কোম্নবা ঙমহোজ্রে। অসুম্না, খুল্লাকপা খুল্লাকপি অনি মোংবা মগাইদা খোঙগুম্নকখিয়ে।

ইমুং লোম্লক্লে। খুল্লাকপা খুল্লাকপি মপারি মমোমগা লোয়ননা তরা চিন্দথম্নিমবা লোয়রবদা থ দোয়না মকুদা পাওহংজরকই—ইকু ফৌওইবিগী ফোরোয়শিং করম তৌরম্নবগে? খুল্লাকপনা পাওখুম্নকখি পারি নোংয়ায়, ফোগী ফোরোয়শিং অতু নিংথিজরেদা, ফজনা হৌরমগ্রে। মনেমগা ঐখোয় অনিনা পামহু কোয়হুনা মিংয়েং শাংখৈববু লোইবা ঙমদেএ। পারি নোংয়াই, ফোরোয়শিংহু ওহ্নোক্না য়ামশ্রেদা। ফোরোয়শিংহু লোখৎপগী থোরৈদি করি করম তৌগদবা। য়াম্রাহু তাবদা থাদোইনা—ইকু, করিসু অম্না হিদোং লাংঙবিরুগন্নু। নপারিসু ওইরবা মপু নমাক থাদোইনা

মাবু পুনেমজহুনা ওয়াক থৌবাওজাগে। অসুম্না মকু-মমাক য়াব্রা চিল্লোক্লবা লোইরহুনা মখা মাগী মোলাং মোনখাওনকম মকাদা শোংজংহুনা খোমলেম তুমখুন তান্খ্রে।

ইপুং অহু লেনখ্রে। খাদোইনা য়েন্দা অঙনবদা য়াকায়হুনা মাগী তালোইবু তরা ফুমাই হৌহুনা চয়োম যোমমুদো চিঙোইখ্রে। মতালোই ইঙ য়াংতম্বীনা তরা ফুমাই হৌহুনা চয়োম য়োম্বীরে। খাদোইন —ওসিদ খারি লৌবুক্তা ঐখোয় অনি য়াঙোই খোঙ-গাক্লসি, হুম্লম্লিবা ফোরোইশিংহু মিংয়েং শাংথৈক্লশিদো। অসুম্ন চিনলোক্লহনা থুংশু থুংমেন পাইরহুনা চয়োম অহু পুরহুনা মখোয় অনি খারি লৌবুক তম্না য়াঙোই খোঙ্গারক্লে। খারি লৌবুক য়ৌরক্লে. য়াখল লিয়োল তৌহুনা ডাইহাক পুঙোই পে.খারিডৈ কোরৌহনবা মহাকস্থু লয়াই লুতোন য়ুংলক্লে। মতাং অসিদগী খাদোইনা, লৈমা লাঈরা মিখে শোনজরগা থৌরৈ পাংহুনা লোকশা মাপলমক্তী ফোরোইশিংদা য়েৎলিবা নাপীশিংনা পুম্নমক্তো পেং-থোক্লে। নাপীশিং অহু অসুকী মতিক য়ামখ্রে অহুনা লৈমা লাইরাবু শোল্লগা পিশক পিরা তাশিন্দুনা লোশংগী শাইক্লিন্দা থেৎতুনা লমখিয়ে। থৌরৈ পাওবা লোইরহুনা পুরকপা চয়োম অহু মখোয়নি চিন্দম্নিম্নরে। অসুম্না, বাই-বাই তারবা ফোরোই-শিংনা লিরিবা মাঙংববু শিংনহুনা জগোই থুখেক তমলিবা পুরিং হুরবা ফজবা অহুবু মীৎয়েং শাংথৈহুনা হরাও মুংঙাইবা য়ারা কয়া চিল্লোক্লহুনা মোংবা মগাইদা খোঙুমলকখিয়ে।

কোরৌ নোংমা নিনি হৌখ্রে। খাদোইনা মকুদা পাওমেনজখি পম্বো শক্লবা ইকু-ও। ফোওইবী লাঈরেম্মা ফোরোঈশিংদো মখো

মণ্ডম পাংথোকপা (ফৌ লোকপা) য়ারব্রা হায়বদু ঈকুনা অমুক্তং খোঙলেঙবিদুনা মিংয়েং শাংথৈবিরুদো। নপারি শক্লবা নমাক্তি অঙাং নারাবু ওঈগনা ফৌরৈশিং লোকপগী ৱাংলেনবু অথং পরৈ লৈজদেদো। অসি য়ারা ত্তাবদা খুল্লাকপা খুল্লাকপি অনিনা মমোম লাংলেননা হৌবা তরা ফুমাইবু চিন্দমমিল্লরগা তরা চয়োম পুরদুনা খারি লোবুক তম্নবু য়াঙ্গোই খোঙ্গাখ্রে। খুল্লাকপনা অহানগা খোঙ্গারুবদা ফৌওইবীশিং অহু য়েল্লিং মমি তম্বদা ঙাইহৌখ্রি অদুগা ঙসি কোরৌ ইন্নুংনিবদনা মুন্দুনা লৈরম্বসিদা খুল্লাকপা অঙক পরৈ খমথেংনা—হে ফৌওইবী লাইবেম্মা! ঙসি তৌরম্লিবা খৌওংশিবু নহাক্না ঐখোয়বু লক্লরব্রা নত্রগনা অঙাং ওইরিবা থাদোইনা হুইতম নাহুই তমহল্লগা লক্লগেবু তৌরিব্রা? অস্তুম চিল্লোরুনা খুল্লাকপা খুলাকপি অনিনা চিংমাই কোয়না চৎতুনা মিংয়েং শাংথৈজখি। অহল মতম ওইরকপনা কোয়না খোঙলেংলুবদা অৱা হিদোং লাঙলদুনা ঙাইহাক পুঙ্গোই পোথানবা খুল্লাকপা খুল্লাকপি অনিনা লৌশং তম্না খে ঙঙ্গংলে। খুল্লাকপিনা—ঈরু লোকশাদগী চেম্বরকপা লাইজবু থরা শেকলুদুনা ঈফুৎননবা শেম শাজরে। থাম্বী মৈহৌনবা মৈহুম লৈত্রবদা খুল্লাকপি কোয়না য়েংলক্লে। অদুম্না, নহাল নোং থাদোইনা খেৎলম্বা নাপি মপুন মচাদুদা মিৎকম হেক তাকুদুনা খুল্লাকপিনা লৌথদুনা থাম্বী মৈচুনবা হেক থোকলুবদি অঙকপগী খৌওং ওইখ্রে। নাপিশিংদু ক্রং কাপ-থোরকতুনা, মানা মানা হৌরম্বা মমদা চাইথোক্লুনা ফৌওইবিশিংবু কুপথিয়ে। অসি খৌওং উবদা খুল্লাকপা খুল্লাকপি অনিদো

পাইমম্মুদা অরা হিদোং লাং মতকপান খনগ্রে। কোয়না খোঙলেঙ-লুবগী অরাবা কাওগ্রে, চয়োমস্মু তরা চিন্দমনিংখিগ্রে; লাইজস্মু খোরাং পরৈখিগ্রে। অস্মুম্না খুল্লাকপা খুল্লাকপি অনি তম্না মোংবা মগাইদা পোক্নম্নকখিদো। মোংবা মগাই য়োরবদা, খোক-খিবা খোঙং খুদিংমক খুল্লাকপনা থাদোইদা পাওমেনখি। অচ্চু য়াবা তাবদা থাদোইনা—পঙ্খো শক্লবা ইকু-ও! অবা হিদোং লাংবিরুস্মু, নপারি ওইরবা ঐনা পুম্নমক য়াইফনবা থৈ রাংজগে। অস্মুম্না থাদোইনা মনাউ ইবেম্মা তালোইবু মকু মনেম ম্নারম্নগান, তরা চিন্দম্নবা খোরাংলুম্নো তাকপিখি।

অস্মুম তৌরিবৈ রাংলেনসিদা খুনজা অমা খোংদোইরকতুনা খুনগী তম্বা অমনা থারি লৌবুক্তা খোংদোইজবদা প্লাম্বা কৈরেল ওয়েৎনা শরাক তমখ্রে হায়রক্তুনা খুল্লাকপদা চিঙ্গোইজখি। খুন-পুরেলনা খোংদোইরকপদা খুনজাশিং চিংল্লোক্লতুনা লৈরম্নে। খোঙ্গামিন্নরুবা মতাউশিংনা—প্লাম্বা কৈরেলশিংচু পোইরৈ কদোমদগী খোরকখিবনো খঙহৌদে অহুম্না পাওমখি। থাদোইস্মু খোং-দোইরক্লে। মহাক্না য়াবারকখি—ইতাওদি করি খুৎস্মু পায়খিবগে, পোইরৈ কৈদনো? তিমেন তা অমা পায়খি, খুৎস্মু থাঙলেন অমস্মু য়াওখিয়ে, তম্বা অহুগী পলেম পঙ্খোনা পাওখুম্নকখি। খুনজা মগ্নাম খম্নরুকখি—খুমন ইপুং ওইবনিনা, করম তৌগনি। মসি তাবদা থাদোইনা—খুমন ইপুং ওইরবস্মু মপুগী নোংদমনি, ইপুংবা লেন্দুনা লৈরবদি ইতাউগী য়াইবী মাঙগনিয়ে।

পুনগী খুনজা পুম্নমক থাম্বী মৈরা পায়ল্লক্লা খুৎস্মু খুৎমেনগা

লোয়নন। থাদোইনা মংডবু থারহনা পোইরৈ অদোমদা খোংদোইররক্রে। খোঙকাপ নাউহই তম্না তম্না থাদোইনা নোংথৌ তরংলেন কুরু শিদবব থৌনিজররকখি। অস্থুম তৌনা, লমলৈমা তরেংনা পাম্বা তরেংকী শায়াদা জগোই থংথেক তমহনা লৈবহবু থাদোইনা উরক্রে। মসিদা থাদোইনা—ওনথোকপনি। থুনজা পুন্নমক খোঙ্গুম্ন সি, পাম্বা কৈরেল নত্তে। লমলৈমা তরেংন। শায়া তৌহনা ইতাওবু লরুবনে। থুনজা পুন্নমক পুনেমজরি, মোংবদা খোঙ্গুম্নসি। অসি তংবদা, তম্বা অতুগী পলেম্না অবা হিদোং লাংনা য়াব্রারকই—ইবুংঙো থাদোই, নহাক্না মোংবদা খোঙহল্লকত্রংবদ। নহাকী পলেম্না কয়াগী মতিক অবা হিদোং লাংগনি? নতাউন খোঙ্গুমলকত্রবদা মমা ওইবী ঐখোয়দি করম্না লৈঙমগনি? মসিদা থাদোইনা চুম্মী পলেম। অত্তুদি, থুনজা পুম্নমক কমথবিহনা হীরী কোনবীরো য়াৱাজররকখি। অসিদগীদি থাদোইনা মপু মাগী মিথৈবু শোন্দুনা থৌনিজররগা লমৈমা ৭কী মিথৈরোলবু শোনশোন্দুনা কৌশিল্লক্রে। অস্থুম তৌররকবসিদদি তম্বা অতুস্থু য়াওনা লমৈমা তরেংমক মকম অদোমদা খোংদোইররক্রে। হৌজিক্তি তাইবংগী মকম ওইররবমিনা চীংঙু লাই নখোয়না লায়হনকমদা হল্লো তাইবং মীওইবা নহাকস্থু মীহনকমদা হল্লক্লো নত্তেকমদা তেনৱে। য়াৱা অস্থুম শোল্লহনা তিনয়েৎ লাইয়েংলম্বা পুম্নমক থাদোইনা লাইখায়বীরে। অস্তুম্না, মতাউ অতুগা লোয়নন্না থুনজা পুম্নমক মোংবা ময়ুম তম্না খোঙ্গুম্নরকখি।

ইম্নং অতু লেনখ্রে। অয়ুকী য়েন্দা অঙনবদা, মপুরোইবনা

খোম্লেন মীকপ থোকত্রিবা খাদোইগী তাংলোইনা তরা ফুমাই হৌদুনা শেন শাবা লোগশিনখ্রে। খাদোই হৌগৎতুনা শমু হকচাং শেংব লোইরবদা তন্না চিন্দম্মিন্নরে। চয়োম অমদি খুৎশু খুংবেন পায়রহুনা মপু মনাই অনিমক খারি লৈবুক তম্নবু য়াঙ্গোই খোঙ্গারক্লে। খারি লৌবুক য়ৌরবদা, লৌমোম ফৌরোইশিংদা য়েংলম্বা নাপী-শিংবীশিংহু য়ারা শোন-শোন্দুনা লোইনা লৌথোক্লগা পীশক পীশা তাশিন্দুনা খাম্বী মৈচুহুনা মাঙহনলে। ঙাইহাক পুঙ্গোই লোখারগা চয়োম থোকতুনা চিন্দমশিন্নরে। অহুমগী খাদোইনা—মাগী তাংলোইবু মোংবদা খোঙ্গম্নম্লো ঐদি ফৌরোই-শিং অসি মুল্লবনিনা খাউরম্নগে হায়না য়াবারক্লে। ইংঙাবাং-তম্বীনা মোংবদা খোঙ্গম্নম্বদা খাদোইনা — লাইরা অমা শোল্লহুনা ফোরোয়শিংবু খাউরক্লে। খাদোইগী ফৌবেহু উংদা চীংঙু লাইয়াম পুম্নমক তেংবাংনবগীদমক খাদোইগী মনাক্তা খোঙদোইরক্লে। অশুম্না, খাউবা লোইরবদা খাদোইনা মালেম মক্কম খরা লৈতেরগা ফৌরোই পুম্নমক য়ৈথহুনা থোবাংবা লোইরে। য়ৈথবা লোইরবদা ফৌওইবী পুম্নমক খাদোইনা কাংবা রাগী উতোং অমদা লোইনা হাঞ্জিল্লে। কোরৌহনবা মহাকম্ন লোইবী চিংশাংগী মরুমদা লৈথখ্রে। অসিদগী খাদোইনা চীংঙুশিংবু খোঙদোইনখ্রো য়ারাং-জরে। মহাক্তি মপুগী শিম্বা তুংইম্না তাইবং শায়াদা লৈবনিনা মম্নম মোংবদা খোঙ্গাজরগে অশুম পাওমেন্নহুনা খাদোই মোংবদা খোঙ্গমলক্লে। মোংবা মম্নুম য়ৌরক্লবদা ইংঙাবাংতম্বীনা হাম্নমা শেম-শারমলবা তন্না ফুমাইবু তন্না চিন্দমলবা মতুংদা খাদোইনা

মকু শামৈরাং থুল্লাকপদা য়াৱাবকখি—পম্বৌ শক্লবা ঈকু—ও! নপারিনা লোইমোম কৌরৈশিং য়েত্থনা পুক্লরক্লে। ৱাকম অসি তাবদা থুল্লাকপা থুল্লাকপী অনি অঙকপা মতৌনি থনখি। শামৈরাং থুল্লাকপনা—পারি নোংয় য়! নংনা তৌরকপা থৌরৈ থুদিং ঈপাগী ইকমদদি অঙকপা ওইনা থোকলে, নহাকপু করম্বা য়াৱা শান্নবনো নত্রগা করম্বা চীংঙুগী মপোক ওইবনো? নাবা পীশক পীক্লিংদগী নহাক্লা তৌথোরকপা থৌরৈ থুদিং তাইবং ওইবা ঐখোয়দদি অঙকপনা থম থেংখ্রে। থাদোইনা—ইকু ইবুংঙো! নমাক্তি করিম্নু থঙজবা নত্তে, মপু চীংঙুগী থৌজাল ঈরিক্লি। অম্নুম্না চিঙোইনরম্লগা মাগী মাগী কাদা চঙনত্থনা মোল্লাং মোনথাঙনখরে।

ইম্নুং লেনখ্রে। অয়ুক য়েন্দা অঙংবদা হৌগৎতুনা থাদোইনা মকু মনেমদা পাওমেনজরকই—ঈকু ইবুংঙো, থুনজাশিংবু কৌ-খৎতুনা অৱাৎ অপা লৈতশিংবু ফৌওইবী লৌরবো য়াৱাবিরো। অম্নুম্না থুল্লাকপনা য়াৱান্নবদা, থুনজাশিং হৱাওনা থাদোইনবু তৌরবদি শোয়নরোই হায়নত্থনা ফৌওইবীবু লৌবা খোঙদোই-নরক্লে। ময়াম য়ৌরন্নবদা থাদোইনা মথৌবুংবু (মুমাঙবু) শেংদোক্লগা কাংৱা উতোং অতুদগী ফৌওইবীশিং নিকথত্থনা হৈথরক্লে। অতুদগী মশাগী মোংবগী অৱাৎপা থমহৌবতা নত্তনা থুনজা পুম্নমকী অৱাৎপা লৈতনা ফৌওইবী পীবিরে।

অসিগী মতুংদা, থাদোইনা—ঙসিদি কংলৈ থৌরৈ থোদা য়েংলুগে চীংঙুশিংম্নু থৌগল তৌগে হায়রত্থনা কংলাদা খোঙ্গারক্লে। অম্নুম্না, থাদোইনা কংলামুংদা চীংঙুশিংবু থৌনিজত্থনা থৌগল

তৌরিঙৈ তানজাদা। কুথী খাথোংদগী ঈপু গনকম্বু গোকুল হায়বা মীংগোরবা অহল অমগা চীংডু থৌগলগীদমক খোঙায়রকপদা কংলাংদা থাদোইগা থেংনরে। ঈপু গনকনা অহল অতুগী তিনয়েংলাইয়েং কোক্লনবা চেং খোইদিং অমুবু, হৈরম-লৈরম পুরকতুনা ঈবুংঙো নোংদা লাইরেল পাখওবদা থেনজরে। ঈপু গনকনা, লাইরা শোল্ল-শোল্লহনা শিংং ম শিংথাং শেল্লগা চেং খোইদিংবু চাইবা হৌরকপদা হৌগৎলুবা তৌদনা শিংথাং অতুবু খাপ্পী মৈচাক-মৈরাইরক্লে। মতু উবদা থাদোইনা মহাক (গনক) অসিবু কয়াম লাইরা খঙবনো য়েংলগে খনখ্রে। অসুম্না থাদোইনা লাইরা অমা শোল্লগা নোংজুথাগী মতৌগুম অরেপ্পা লৈতনা লাইজ রা রা চুথহলক্লে॥ থৌদোক অসিদা ঈপু গনকনা—ওম্বোরপনিদা, ঐঙোন্দসু য়েংশিনবা য়াওরিবা মাল্লে॥ অসুম্না, ঈপু গনকনা লাইরা অমগা অমুক শোন্দুনা চেং খোইদিং, তিংথৌ চাইরক্লবদা লাইজহনা থাউগী পাংথককুম অহোইনতুম হেন্না মৈ চাক্লে॥ থৌদো অতু উবদা থাদোইনা মপুরিংদা মহাক অসি খরদি খঙজবজাৎনি খল্লতুনা লাইরা শোন্দুনা তাহল্লম্মা লাইজতু লেপহনখ্রে॥ অতুগা থাদোইনা অদোমবু পাইমা নীবুক খোয়শাওনবীগনু হায়রাজরক্লবদা ঈপু গনকনা নহাকপু পোইরৈ কৈদগী হল্লাল্লকপনো, কোলোইনা করি মিংগোবা? থাদোইনা—ঐগী কোলোয়দি থাদোই মিংগৌই॥ য়াম্বা ইথকপু ওইরিগদ্রা নত্রগা ইরুপ-ইপিজ'বু ওইরিগদ্রা অদোমগী কোলোইবু খঙজবদা অকায়-পরৈবু লৈগদ্রা? গনকনা—করিগীদি কায়গদগে, ঐগী কোলোইদি গনক থেঙ্গু হায়না মিংগৌই॥ অসুম্না, মতিক

মণ্ডাল খণ্ডন থা চেংলৌ শকখণ্ড মায়খণ্ডনখ্রে ॥ অহুদগীদি মাগী মাগী মোংবদা খোঙহনবখ্রে।

অমুম্না, থৌরৈ থৌদা তৌদুনা লাইনিং পবৈ তৌদুনা লেল-লকপনা শাথুপ্লমদাই য়োরক্লে। হয়েং লাংবচক ওইরব্রবদা থাদোই নৈরম্মী খণ্ডসমু নিঙতুনা মহাক্না শিরম্বা নোংথৈ লিক্লাংবু মারজিংগী মুংগাইরক্তা থনখ্মে ॥ হৌজিক ফাওবদা অমম্বা অহিংগী মতমদা মৈবুলগুম্না উরি ॥ অসদগী, মাইচৌ তরেংমক রারোইটিঙদা ক্ষের হৌদুনা চামিন্নরবা তুং ইং কু.জা ১৭৪৯ গী ইডাগী থাবান ২৯ নি নোংমাইজিং কোরৌদা নো চুপ হারমবু ঙাকতুনা লাইমতোল চিঙথক্তা লাইরা ফাইবোক ওইনবু লাংওন্দুনা শাথুপথিয়ে।

# শামুরৌ চিগোং

শামুরৌ লমদম পনকোইন্নুংদা ইং কুমজা ১২৭৯ গী ৱাকচিংগী ৫ নি পানবা ইরাই কোরৌদা চীংঙু চিগোং তাংবংদা মীকপ থোকখিয়ে ।। পন্থোগী কোলোইনা থাংজম শামু অমদি পলেমগীনা ইবেয়াইমা ( য়াইন্বী ) মিংগোঅ ।। তাংলোইগীদি হানজগী হারনবু কোলোইয়ে ।।

মহাক অসি কুরুগী পৌশিল তুংইন্না ৱাংপুরেল খামা চাওবা ইবুধৌনা তাইবং ওইনা লাংঙন্দুনা তাইবংলেন্দা খোঙদাইকখিবনে ।। মহাক্কী কোলোইবু অম্মুম্মা মিংগোথিবগী ৱারিদি অসিনি মপাঙ্গল কল্লি, হাইনা-হুম্মা মনিং-মখা তৌই ।। তৌগে নীঙবদা অথিংবা খুদিংমক হায়দৎপা ঙম্বা ঈবুধৌ নোংদা লাইরেল পাখঙবগী চিরোংনা হায়বগুম হায়দৎপা ঙম্বা মহাক্কি ।। অসিদগী মহাকপু ঈপুধৌ পাখঙবগী চিরোংগুম হায়বা ঙম্নবা ‘চি’ পাল্লবা কেক ‘চিগোক’ হায়বদগী অস্নুম থৈথরক্কুনা ‘চিগোং’ অস্নুম মিংথোনখিবনে ।

মহাক, শামুরৌ পনকোইন্নুংদা অহুম্মক চাউবা লেপতম তাল্লকখি ।। অঙাং মরা ওইরিঙৈদগী ময়ুম মোংবা মদাইরন্দা থোক্লগদবা য়ারাবু লাই তোংবগুম চুম্না চুম্না চিঙোইরকএ ।। ইপ গনক থেঙ্গাগুম মহাক অঙাং নরা ওইরঙৈদগী ঈয়েক নৈনহুনা পুয়া কয়া পাক্লকই ।। মোইরাং ললহানবগুম্না মহাক্কী মদাইরম অসিদা মাইচৌ অমা ওইরকই ।। চীংঙুগী লাংঙন ওইবনা মদায়রম অচুদা

মহাক্কী থৌবৈ থৌদা কয়াবু অঙকপা থৌওং ওইনা মীয়াম্না য়েংলৈ।। মহাক্না তৌরবপা থৌবমশিংদা মহাকপু কি-তুক্কচ ওয়না বনানম্মু অথিংবা পীবা ওম্লদে।।

মাইচৌ তরেংনা মন্থং মরেং (পালি) শিন্নহনা কংলৈগী ঈরাং-থৌরম তৌরকপদা মহাক্মু অঙাং নন্না ওইনা অহুমক য়াওরকখি। কংলা ইন্নুংদম্মু অমাই-অখঙবা ওইনা লৈরকই।। অম্মুন্না, লৈরক-পসিদা মহাকম্মু মহাক্কী অখঙবা উৎনিংবগী য়াথল অহু মরক্তা হেক মবাকখি।। নো'এদি, চিগোংনা মশাগী মন্থং-মরেং তারহনা কংলাগী থৌরম তৌহনা লৈরম্মী।। ইখঙ খঙহৌদনা মোইরাং ললহানবা অমদি দেবীপাম্মু কংলা কাবকখি।। মুমিৎ অসি অমাই কোরৌনি।। মাইচৌ অনি অসিম্মু চীঙু লাইকম চাম্মানিপালগী থৌগল তৌহনা ইবুধৌ নোংদা লাইবেল পাখঙববু থৌনিগে থোঙ্গারকপনি।। ইপু থোংভাখুল দেবীপাদি চিঙমী ওইবনা চিঙমী ফিজেৎ শেংলী মহুদা চিংগোংনা থওই-উশিক্তবগী য়াথল পোকলুবে।। মীচম অনা চুম্না কংলাদা থোঙ্গাবকপনি খন্দুনা চিগোংনা দেবীপাবু য়েংলগা চিঙোই-রকখি—শকখঙদবা, কংলা ইন্নুং অসিদা করি থৌগী থোঙদোই-রকপনো ? মসি তাবদা দেবীপানা কংলৈচাশিং অসিদি হাক্রা নাপল কারেদা খল্লহনা পাউথুম্নকখি—পেতং নি চুং থা আই, নিংঙম চুং থা হু তোং লোং হো।। নরোল থাইমে চিগোংনা হায়খি ।। মহুদা দেবীপানা—শকখঙদবা, এম্মু চৌংঙু থৌগল তৌগে থোঙ্গারকপনি।।

মাইচৌ অনি অসি চেংলৌ শক'ঙ-মাইখঙনদ্রিবনা শকউনদ্রিবা কাউরেল অনিনা শঙ্গোল অমতদা অহানবা শাথেংনবগুম থোকখ্রে।।

চীংঙ্‌ থৌরম পুন্নিবা চিগোংনা খল্লি—মহাক অসি হাউবমক ওইরবসু অচম্বদি মান্দে ।। পিভুং তৌনা উৎরবসু মতিক মগুন খরদি লৈবা মাল্লি খল্লুনা চিগোংনা দেবীপাগী খোঙথাং/কাজিম্নবা য়াবা শোনখি। ইখঙ-খঙহৌদনা দেবীপা খোঙ থাংবা য়ারক্ত্রদা— হাই করিনো ? মালেম অসিদি অপঙবা য়াম্না লৈরিবোইরে, অস্মুম খনখি ॥ অসিদগী মহাক্না মহাকী লাংঙনসু ওইরক্লবা পম্বৌ ইবুধৌ নোংপোক অপানববু নিংশিংলগা য়াবা অমা কাওতুনা মথুংনা মফৈগন্দা পোপ পোপ অহুমলক খাই ।। অস্মুম্না মহাক চৎপা য়ারতুনা খোঙকম খরদং থাংলকই ।। অসিদগী চিগোংনা মহাকী থৌরৈবু লায়না মাঙহনবদি কয়ামুক হৈরবনো চাং য়েংলগে নিঙলহুনা— খুহুপ ১৫ গী অকোইবদা দেবীপানা লাকদবা পনখৈমুংমখৈ লাং থাকচিনখ্রে ॥ দেবীপা খুহুপ ১৫ গী পনখৈ য়ৌরবদা অমুক হন্না মখোঙ থাংবা য়াখিদ্রে ।। খোহু মুঙ য়ানবগুম খোক্লে। হন্দক্তি দেবীপা শাউরক্লে ॥ মখোঙ থীল্লহুনা—করিনো তৌরম্লিবা মতৌ অসিদে ? চীংঙ্‌ মদাইদবু অস্মুম থৌশিল্লবা নমু মীকণ্ডা য়াম্না লৈরেনা ।। হাউবা ইতিক খঙহল্লগে শরিশোন ! দেবীপানা পাইমনুংদা থাক্লমলিবা লাং অসিদি খদংন নমথেকতুনা চৎপা ঙম্বা ওইভগে খল্লহুনা মপা ইবুংঙো নোংপোক অপানবা চেৎনা থাগোনখ্রে ।। মখোঙ অহুম্নক থীল্লগা নিংশাখর খিংহুনা য়ারা শোল্লগা হকী ঈশিংবু চাইরক্লবদা থাক্লম্লিবা লাং অহু উংকী মপৈগুম মাঙখ্রে ॥ অস্মুম্না, অপনবা লৈত্রবদা দেবীপানা চীংঙ্‌ লাইকম চাম্বা নিপালমকপু অমদি ইবুধৌ নোংদা লাইরেল পাখঙবগী খুভমবুসু থৌগল তৌরুরগা খোঙহন্দোরকলে ॥ অস্মুম

তৌরবদা চিগোংনা— ঐহাক্তি নমু অচম্বা মীওইনি খন্দুনা চাং য়েংলুবনি ।। ঐগী লাংবু লায়না থংপা ওম্বা ঐঙোন্দগী মহৈ হেন্নবনিনা ওসি কোরৌ নোংদগী য়াম্লুং হায়না মিঙ্গেরগে ।। অম্লুম্না, শকখঙ মায়খঙনখ্রে ।।

অম্লুম্না, তাইবংলেন্সিদা থৌরৈ থৌদা কয়া পাওকুম্নবা মতুংদা থুপ্পমদাই মতম ওইশিল্লক্রে। অসিদগী মাবোইচিঙদা মাইচৌ তরেংমক ক্ষের চামিন্নহুনা কায়মনবা মতু ইং কুমজা ১৭৪৯ গী ইঙাগী ২৯ নি পানবা নোংমাইজিং ( অমাইজিং ) কোরৌদা হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী (ইরৈমগী) মগাই উগুংদা হৈক্রেং পাম্বী ওইনবু লাংওন্দুনা চীংঙু চিগোং শাথুপখিয়ে ।।

## কুরু শিদবগী খোংগুল
## চীংঙু শিংগী চক পুখোকখিবা

নহাপ নোং এলহৌঙৈদা চীংঙুশিংনা মাপেম লৈপেম থুনশেম-লকতুনা তাইবং থুম্লিংলকপগী য়ারবু নিংশিংনা পুকোক হায়বু চীংঙুগী খুয়াখাদা পুরুমজহনা লীজরকে। চীংঙুবু খুংশম্নবা শুম্বা ইপু মাইচৌশিংনা লীবিরম্বা ইপুশিংগী হায়রী পুয়ারীবু মথংশিংনা লীজবা ঙমজরকে নিঙনা ঈপুশিংগী খুয়খাদা পুনেমজরিয়ে। ঈপুশিংন শীজিন্নবিরমবা পাউয়ৌ প্রমান কয়াবু হাকোংজবা ঙমজগে নিঙনস্থ পুনেমজরিদো।

এলহৌঙৈদদি, অতিংকোক কুরু শিদবা মদোমথক তরংথক্তা লৈরম্মে। খোইরা মরু কোয়ৌ নোং লৈখ্রিঙৈদগী লৈমরুবা মহাকনে। মতমসিদা নোংথৌ, অতিয়া, মালেম অমদি তেংবানবা পুম্নক অসি অমত্তা লৈরমদ্রে। মতম অসিমগী হৌরগা কুরুনা চক ( যুগ ) খুদিংগী লাংগুন কয়া তৌহনা লাকখিয়ে।

১। অকোচকঃ— কুরুনা তরংলেপ্পা মদোম লৈরিঙৈগী চকপু "অকোচক" হায়না কৌই। মতম অসিদা কুরুগী মিথেরেনাদ "অতি কোক" হায়না কোলোয়য়ে। ইহাং হাংবা ইকোক-কোকপা তরংথক্তা মদোম লৈরম্মী হায়বদগী মিংগৌ অসি কৌখিবনে। মতম অসিদা কুরুনা পাখং মথোক কারকপগী শক্তমদা তনি তনিক,

নীক নীক লাওনা চুমথাং মাপন্না থোগন্দুন মশেক মঙাল চাওনা লৈরম্মে। মহাকী শকম অসি মীংনা উবা ঙম্মদে। মদোম লৈবা মুংঙাইরকত্রবদুনা কুরুনা তরংথক্তা কোইয়েং য়েংলকখিয়ে। মতমসিদা, কুরুগী হকচাংদগী মনিল থর পাইথোকখিয়ে। মতম থরদি মনিলশিংছু অহাঙবদা লৈদুনা লৈখিয়ে। মতুংদা মনিলশিংসিনা পুনশিন্নগা চেক্লা অমগী শকমদা পাইদুনা চংখিয়ে। অসিদগী কুরুনা অঙাং নারাগী শকম লৌরগা লৈদুনা অমুম য়েংলকপদা চেক্লা মতোম তরংথক্তা পাইদুনা লৈবা উরে। চেক্লা অসিনদি তরংথক্তা কনাম্ম লৈবা উরমদে। মহাক মনিং তৌনা পাইরদুনা লৈখিয়ে। মসিদগী মহাকপু পুক্লিংদা, মহাকপু খিংবীনবা লৈতনা মতোমতা পালবনি হায়বগী নাপল অমা পোকখিরম্মী।

চেক্লাসিগী মপুক্লিংগী নাপল অদু কুরুনা উরদুনা মহাকপু কাজিন্নগা শিনথা পীগে নিঙখ্রে। মরম অসি লৈবদগী কুরুনা লাওথখিয়ে—“হায়! হায়! চেক্লা, নঙোন্দগীদি ঐনা হানবনে। থেক্লা নাপল কাগন্নু, থৈনা লৈতেং হাপকন্নু, পঙনা হিগুম লাংগন্নু। নহাকতি ঐগী য়াথং ইনগদবনে।” কুরুগী য়াথং তুংইন্না মহাক কুরুগী মনাক্তা লাকখিয়ে। মতমসিদা কুরুনা মঙোন্দা পাওতাক কয়া পীখিয়ে। মহাকী শকম্মু মী মাগি অদুগা উচেককুম্না পাইবা ঙম্মী হায়বদগী মহাকপু কুরুনা “মী মকু শাপাইবা” অমুম মিংগৌখি। মঙোন্দগীসু মনিল অমা থোকখিয়ে।

অসিগী তুংদা, কুরুনা মালেম লৈশেন্নী অমা পুথোকনিংবগী ৱাখল লৌরোল হৌরকখিয়ে। হৌরী অসি হৌবদা ঙাইরিঙৈ মুপী

অমগী শক্তম্না মমাংদা লাক্তুনা চপ লেপ্পখিয়ে। মহাক অসিনা তাইবংলেন অসিদা ইহান হান্না থোকখিবা নুপীনে। মরম অসিদগী মাগী মিঙসেনবু 'মোংবী হনবী' কৌখিয়ে। কুরুনা মহাকপু মী মকু শাপাইবগা পান্নরু হায়না থোদা পীখিয়ে। অমুম্না মখোয় অনিমক হয়েং "হয়িচক্তা" লাংওল্লকউ হায়নবু তাকপিখিয়ে।

মী মকু শাপাইবনা 'মোংবা হনবা' ওইখরে। মোংবা হনবা মোংবী হনবী অনিসিনা তরাংথক্তা অমুম পাইরতুনা লৈরমই। মখোইগী রাইথুংফমদি ফংবা কোবা লৈরমদে। রাইথুংফম লৈত্রবা অতুদদি, মখোয় অনি কুরুগী মনাক্তা অমুক লাক্লে। "কুরু! ঐখোইগী রাইথুংফম খঙদ্রে, তাকপীয়ু"। মখোইনা কুরুদা হায়জখি। কুরুনা 'নখোয়দি ঐঙোন্দগী থোকখিবনে। অতুনা মহাক্তা মান্নব য়ারোই অমুম তাকপিখিয়ে মখোইবু অমুক হন্না পাইতুনা লৈরুখো' অমুম থাখিরম্মী অতুগা মহাক্তা রাখল লীরোন্দুনা লৈখিয়ে।

কুরুনা রাখল লীরোল তৌতুনা অমুম লৈরিঙৈদা শক্তম অমুনা লাকতুনা মহাক্তী শমু মাঙদা লেপ্পখি। মঙোন্দা কুরুনা মোংবা হনবা, হনবী অনিগী রাইথুংফম শঙলেন অমা শারুনবা থৌশিনখিয়ে। মাগী কোলোয় মমিংদি মীংনা কুপক্লিঙৈদা থোকখি হায়বদগী "মীংকুপ সনা তম্ফারেল পাখঙবা" অমুম মিংথোনখি। মোংবা হনবা, হনবী অনিনা মঙোন্দগী লাংওন হাল্লি হায়বসু তাকপীখিরম্মী। মহাক অসি কুরুগী মচা অহল্লি হায়না শিংথানরে। কুরুগী শিল্পা তুংইন্না মহাক্তা মোংবা হনবা হনবী অনিগী রাইথুংফম মশঙগাই শাখিয়ে। মপা, মপী ওইবা অন্নিগী রাইথুংফম শাখি হায়-

তুনা মহাকী কোলোইবু "পিশা তাউ" হায়নসু খোনখিয়ে। মহাক্না চীংঙ্শিংগী শাগং খোংকংপগী খোদাং খুদিংমক লৌতুনা শিনহৈবা অমা ওইনা লৈখিয়ে।

মথংদা কুরুনা মতোন্দা মালেম শেমউ তাইবং কুম্মে য়েংশি হায়না খৌদাখি। য়াথং অসি ফংবদা মহাক্না ইপা ইবুংঙো, ঐদি কুরুগুম ইত্তিক লৈজদে, মালেম শেম্বগী শিন্থা অসিতদি শিন্ন-বীগনুনে। অসুম্না খৌয়াখিদে। মহাক্তি চীংঙ্শিংগী শিনহৈবা অমা ওইনা অতুম তরংথক্তা লৈখিয়ে।

কুরুনা অমুক হীরী মথা তারক্লে। মতম অসিদা মহাকী তনিক তনিক্নবা সনা মানবা মচু ওইরবা, চুমথাং মাপাসনা খৌগল্লবা শক্তম-তুগী মমি তরংলেন্দা তাবা উখি। মমি অসিগী রাকমদগী, মশাগী থবাই মহীরেলনা মালেম শেম্বা য়াখিবনি লৌনরে। সনামচু মিগী থবাই মহীরেলদগী খোকখিবনি হায়তুনা মহাকপু "সনা মহী" অমুম্না মিংখোনখিক্লে। মহাক্না কুরুগী মচা য়াইমা ওইতুনা লৈখিয়ে। মিংনা অমুক কাওবা কুপত্রিঙৈদা খোকই হায়রুনা মহাকপু "কুপ-ক্রেং" হায়নসু মিংখোনখিয়ে।

২) হরিচক :—চক অসিদি মালেম লৈশেম্বগী মতাংনে। অতিংকোক চীংঙ্শিংগী নিংখৌ ওইতুনা লৈরি। মতাং অসিদা, কুরুনা মালেম লৈশেমনিংবগী হীরী রাখল লৈরকপনা; মালেম শেম্নবঃ খৌরাং হৌরক্লে। ঈশিং সুংশিং পুথোক্লে। মতম অসিদা সনামহীনা কুরুগী মকমদগী মশাগী শিন্থা নিজখি। কুরুনা মতোন্দা

মহাকপু পুখোকপগী মরমদি মালেম লৈশেম্বগী শিন্দা পাঙথোকনবনি ভাকপিখি। অসিদগী, মহাকপু মশিন্থা পাঙলুববা খোংদোইরোয় হায়না খোঁদাখি। কুরুগী খোঁদা পুন্থুনা সনামহীনা মালেম লৈশেমলুনবা খোঙশানখিয়ে ॥

অমরোমদা কুরুগী য়াথং তুংইন্না, নহাল অকোচক্তা শাথুপখিবা মোংবা হনবীনা শিদবী মপুরেনবী ওইনা লাংওন্দুনা তন্না লাকখি ॥ কুরুগী মফমদগী মশাগী শিন্থা নিজরে। কুরুনা মঙোন্দা হায়খি— পেম্মা, এনশা কোনগী খৈনিং ইনিংবু হনব্রা ? ( খুবাক নামত্তা খুববু য়াব্রা ? ) শিদবীনা মোমোন নোক্না পাউখুম্নকখিয়ে —"ঐদি কুরুগী মোংবা কাদা ইদোম শাথুপপীনি, 'লুলোই খারি লৌভাবসু হৈজদে, পোংশা ইনিং তঙ্গসু খঙজদে ॥' ( কন্নিসু খঙজত্রিবী ঐদি কুরুনা থৌশিনখিবগী তুংইন্না শিন্থা পাঙজগে লাকচবনি ॥ ) য়াংলৌ এনশাং শেম্বা হৈত্রিবী নমোমবু শিন্থা পীবীয়ু নিজখি। অসিদগী কুরুনা মঙোন্দা ভাকপিখি নংগী শিন্থাদি নহাল অমুক্তী মপোক্তা ( অকোচক্তা ) পীগ্রবনি ॥ নংদি ঐগী ভালোইনে ॥ নংনা ঐগী থুংশেমগী ইহান হানবীনি ॥ নংগী মতমথুগী কোলোইদি 'মোংবা হনবী' কৌখিবনে ॥ অসুম্না মোংবা হনবীনা শিদবা মউ লিংবী নাদবা মপাল থাবী ওইদুনা লৈখিয়ে ॥ অসুম্না, পুম্নমক অসি শেম্বা হৌরকপগী চকপু 'হয়িচক' কৌখিয়ে। চক অসিদা কুরুনা থম্না থম্না পুখোকপদা ভাইবং অসি মপুংফাবা ওমত্রি ॥

৩) হয়াচক :— চক অসিদা কুরুনা অঙাংগী শকম খাদোক্তুনা

মশাগী হায়গী শককমদা হুঞ্জিন্দুনা অচিকপা মফমদা কমহুনা অমুক হন্না মাখল হীরী তৌহুনা লৈখিয়ে ॥ শিদবীবুন্থু চিক্না হীরী কোন-হুনখি ॥ মতাং অসিদা কুরুনা 'অচিবা' অমসুং 'অচিবী' পুথোকখি। অচিকপা মফমদা ফম্নগা চিক্না মাখল হীরীহুনা পুথোকখি হায়বদগী "অচিবা" অমসুং "অচিবী" অমুম মিংথোনখিবনে। মতাং অসিগী চকপু চীংঙ্শিংগী হন্না লাওবা চক হায়বদি 'হয়াচক' হায়না কৌখিয়ে।

৪) কোম্নচক :— হয়াচককী মতুংদা অতিংকোক কুরুনা মৈ-থুঙম অহাংবদা পাইথংখিহুনা নোংথৌ অতিয়াদা কুরু শিদবা ওয়না লৈখি। মতাং অসিদা কুরু শিদবনা লাইপুংথৌ মাপল লাই নুরা তরেৎ পুথোরুবগী মাখল হীরা কোনখিয়ে। অসিদগী শিদবা অমদি শিদবীগী শায়াদগী মথংশিংনা লাইপুংথৌ মপাল, লাইনুরা তরেৎ অসি থোকখি। মতুংদা মথোই অনিনা মপা ম, মমোম শাংনিংবগী মাখল লীরোল হোয়ক্লে। অহুবু মতম কুইনদি মপারি অমত্তা শাংখিদে মমোম অমত্তসু পোকখিদে। অম্নয়া হীরী কোন্দুনা মতম কুইনা লেমখিয়ে। মরম অসিদগী পা—পী অনিনা মপারি, মমোম শাংনবুগী মাখলদা কোম্নহুনা লৈখিবা চকপু "কোম্নচক" কৌখিয়ে।

৫) লাংবচক :— চক অসিদদি কুরুনা ওক্লিংবা, অপাম্বা শায়োন্তা তৌহুনা লৈম্রে। মতাং অসিদি শিদবীগী পীবুরুংদা নারা অমা লাংওন মপোক লাক্তদবগী মমি ইহুন তমম্রে। মাংম অসি চীংঙ্শিংগী নাকোং ম্লোনম্রে। চীংঙ্শিংনা শাংকদোরিবা নারা

অসিবু পারি ওইগত্রা ইমোমবু ওইগত্রা অম্মুম্না পাইম লাওতকননা লৈখি। শিদবীগী পীবুকমুংদগী মপারি অমা লৈশাং তম্রে। পারি অমা কংবসিদ। চীংঙু পুম্নমক হৱাও পন্দোম লৌম্নখি। চাংঙু পুম্নমক হৱাও মথোই কাহ্নুা ইৱাং-লাংনখি। অম্মুম্না, চাংঙু শিংগী ইৱাং-লাংনখিবা চকপু "লাংরচক" হায়্রবা কৌনগ্রে।

মপারি অমা কংবসিদা কুরুনা হৱাও মথৈ ফংলহুনা শিদবীদা মাগী নাউকোন ফিনা নাৱা অহুবু কোনশিনবীয়ু পাওজাকপিখি। কুরুনা য়াৱাখি—শিদবী, পারি অসিবু করি কোলোই মিংথোল-সিগে। শিদবীনা—পারি লৈহন তমলুবগী অৱা হুইদোম লাংবস্নু কোকত্রিঙৈ উনবী হকাশোক লাংবনা পাইমা লৌশিং থোকত্রিয়ে। অসিদগী কুরুনা মথা তানা থহুখিয়ে। পলেমগী পীবুকমুংদা লরিঙৈ শ'ফোংদ্রিঙৈদগী হোনা বানা শেম্র শেম্রহুনা লাকপনা লৈশাং তম্নবা ফাওবদা শেম্রহুনা লৈরে। পরম অসিদগী "শেনত্রেং" অম্মুম্না মিংথোলখিয়ে।

---

## চক থুদিংগী রাহহোক

১) অকোচকঃ— ইভোম ইতোমতা তোঙান-তেঙাননা লৈনবা হায়বদি নহা ওইরিঙৈ য়ুম-কৈ পাম্নদ্রিঙৈগী মতম।

২) হয়িচকঃ— অচুম্বা লেপ্পবা হায়বদি য়ুম্নেপ চারা তম্নবা মতম।

৩) হয়াচকঃ— হয়া লাওনবা হায়বদি পাপী অদিগী ঈউভিম্নবা মতম।

৪) কোমচক:— পারি-ইমোম ফংনিংবগী রাখল তৌহুনা কোমহুনা লৈবা মতম।

৫) লাংবচক:— নাম্বা অমা মমি তম্লক্লে খণ্ডলবদা, পারি নত্রগা ইমোম ওইরিগত্রা হায়বগী পুক্লিংদা ইরাং লাংবা অমদি ফণ্ডলবা তুংদা (পারিবু ওইবে, ইমোমবু ওইরে) পুক্লিংদা লাং-তকননা মুংঙাইনা লৈবা মতম॥

# কংলৈ লৈশেম্লকপা

কুরু শিদবা অ..দি লৈমরেল শিদবী অনিগী মপারি অম্মা ফংগ্রবা মতুং অসিদগীদি হয়িচক অমুক হৌগৎলে। মতমগী খোঙ-ৈল মতুংইন্না মপারি শেনব্রেং অসি পাখঙ শাৰেপ ফারক্লে। মতম অসিদা কুরুনা মহাক্কী মপারি মিংনা কুপত্রিঙৈ ওইখিবা কুপত্রেংদা মালেম লৈশেমলুনবা থৌদা পীক্রে।

কুপত্রেংনা কুরুগী থৌদা তুংইন্না মালেম লৈশেম্বা হৌমবগী-দমক লাক্লে। মহাক্না লৈশেম্বা অসি মাইকৈ কদোমদগী হৌর-সিগে হায়দুনা লৈনা-লৈনা য়েংবা হৌরকখি॥ মহাক্না মারচিং (চীংথৈ) মাইকৈদগী মালেম শেম্বা হৌরক্লে। অসুম্না, অসুম শেম্লকপনা মালেম লৈথোং অকোম্ববসি শেম্লকুবা মতুংদা কুরুগী নাক্তা অমুক হন্না লাকখিয়ে। মহাক্না হায়খি—ইপা ইবুংঙো, নপারিনা মালেম লৈশেম্বা অসিবু মাল্লব্রা? "খন্না খন্না মাল্লক্লে" কুরুনা খুমখি। মারচিংনা ইহান হান্না মানবা হৌখিবা মরমদগী মালেম লৈশেম অহানবদা মানবা "মানচিং" হায়নবু কুরুনা মিং-থোনখিয়ে।

মতাং অসিদদি, কুরুনা 'তাউত্থইরেং' ওইনা অমুক লাংওন তৌরে। মহাক্না মথক্তা পাইখৎখিত্নমা মৈথুগুন্না মমত্নমা লৈখি। মতম অসিদগী অচিক অশা থায়বা হৌরক্লে। অসুম্না, অশাবা, অইংবা পুথোক্লে।

অমরোমদা কুপত্রেংনা শেম্লিবা ম'লেম অসি মশানৌ (মনাউ) শেনত্রেংনা তোংহুনা খর খর নিঙখাইহল্লি। কুপত্রেংসু মাগী খুৎশেম মালেমগী অশোয়বা অঙাম্বা য়েংশিন্নবা কোয়না চৎলি। মানা অম্মুম কোয়রকপদা খর খর নিঙখাইহনা লৈরম্বহু থেংনয়ে॥ মহাক্না কুরুগী মনাক্তা অমুক লাক্লে অহুগা হংখি—ইপা ইবুংঙো নপারি য়াইমা ঐগী খুৎশেমদা অকায়বা অয়েংপা পীরিবসি কনানো? অম্মুম তৌরবদি নপারিদি মালেম লৈশেম্বা ঙমজররোই। কুরুনা তাকপিখি—নশানৌতোন শেনত্রেংনা য়াকাবুং ওইবদা তৌররিগনি। ৱাকম অসিদা কুপত্রেংনা কুরুদা মপারিতোনবু মালেম লৈথিঙ্গাই ওইদনবা থেমজিনবীয়ু পাওমেনজখি।

কুরুনা মপারিতোনবু কৌশিন্নগা হায়খি—পারিতোন নয়াম্বুং যাইমনা লৈশেমলিবা মালেম্বু খর খর থিনগাইরিবদি করি ৱাখলদগীনো? মপারিতোন শেনত্রেংদি থোশারমদে। মহাক্না ইবায় লায়না খুমলকখি—ইপা ইবুংঙো, তোঙনা মালেম লৈরম্বহুদা ঐনা য়াকাবুং ওইজবনি। অম্মা, ময়াম্বুংনা শেম্লিবা মালেম্বু ইথিঙ্গাই ওইনা থুগাইহুনা শাম্নখি হায়বদগী শেনত্রেংবু 'ইথিঙ্গাই' (লৈথিঙ্গাই) পাখঙবা' হায়নম্ম মিংথোলখিয়ে। অমরোমদনা ৱাকম অসি শেম্বা লোইহ্নিঙদা তরংদা তাউহুনা লৈ হায়বদগী পাখঙববু 'তাউরোইনাই' হায়নম্ম কৌই। কুপত্রেংনা হায়জবা তুংইম্না কুরুনা শেনত্রেংবু ময়াম্বুংনা শেম্লিবা মালেমবু থিনগাইবা অহু তোক্লো হায়না পুকথেমখি। অহুবু শেনত্রেংদি মমুং কন্না অতোঙবা মফমদা য়াকাবুং ওইহুনা হরাউনা মুংঙাইনা শান্নজবনি হায়হুনা নিংঙাই চাওনা লৈখিয়ে।

চক অসিদা নাউথিংথোং পাখংবনমু মালেমগী তুংথোং শেম্বদা কুপত্রেংগী মতেং পাংখিয়ে। মসিগী তুংদা কুরুনা মপারি য়াইমবু কৌশিনখি অদুগা মালেম লৈশেম্বা অমদি ঙাকশেনবদা তেংবাং ওইননবগী লাইপুংথৌ মাপন পুথোক্লো হায়না থৌদা পীখি। মপারিত্তোনবুস্মু শায়া অমা ওইয়ু তাকপীখি।

কুরুগী য়াথং তুংইন্না কুপত্রেং অমদি মশানৌ-তান শেং ত্রেং অনিস্মু অমমম ওইদুনা ১) কুপত্রেং, ২) শেনত্রেং, ৩) মারচিং (মারজিং), ৪) কৌব্রু, ৫) থাং ৬) বাংপুরেল (বাংবরেল), ৭) মঙাং, ৮) লুবাং অমস্মুং ৯) থুমন লাইপুংথৌ মাপলসি পুথোক্লে

অমরোমদনা। অসিমক্তদা কুরুগী ২ইন্না লৈমরেল শিদবীগী শায়াদগী ১) হুইরৈমা, ২) য়ুইম্নমা, ৩) লইম্নমা, ৪) ঙারৈমা, ৫) ঈরৈমা, ৭) ছীকুবী অমসুং ৭, য়াইকুবী লাইম্নরা তরেৎ আসস্মু পুথোকখিয়ে।

অমরোমদা, হয়িচক অসিমক্তদা মালেম অসিদি লৈরল্লবা অদুগা তাইবংলেন খুন্দা-লৈতাবদি তৌদ্রিডৈগী মরক অসিদা নহাল মমাংদা কুরুনা অচিকপা মকমদা হীরীহুনা পুথোকখিবা অচিবা অচিবী অনিনা মথংশিংনা নোংপোক 'অপানবা' অমদি 'অপানবী' ওইনা শাইওন তৌখ্রে।

অপানথোইব, অমদি অপানথোইবী অনিনা লগোই থুখেক তমহুনা হরাউ-মথোই কাগে নিঙলক্লে। মখোয়ুন হরাউ-মথোই কাহুনা কুম্মৈ শান্নফম অস্নুম কোয়না থিরক্লে। মতম অসিদদি

কংলৈপাক অসি ঈশিং তয়ংনা কুপশিন্দুনা লৈরম্মে। তরংনা কুপশিন্দুনা লৈরিবা অতেম্বা মফম অসিদগী তরংশিংবু চিথোকখিবা ওম্নবদি মফম অসি কুম্মৈ শান্নকমগী অথোইবা ওইগনি অম্মুম্না অপানবনা খনখিয়ে। রাখল অসিদগী মহাকী খুৎশু চিল্লোংবা তিমেম্না (ত্রিশুম্না) চিংবু হুৎলগে নিঙলক্লে। অসি রাখলদগী মহাক্না কৌক্রুগী চিংথক্তা লেপ্লগা মথা পাংবা ফারমদা মাম্না খুৎশু চিল্লোঙবা তাবু লংখিত্নুনা চিংলুংহুৎপু হুৎলগা তরং পুম্নমক চিথোকখিয়ে। লাইজ পুম্বা কংখ্রবদা মফম অসিবু 'কংলৈপাক' মিংথোনখি। লাইজ হাম্না কংবা মফমবু "কংলা" হায়না খঙনখ্রে। অম্মুম্না মফম অসি কুম্মৈ শান্নবা য়ানবা লেপ্লে।

কুম্মৈ শান্নকম লেপ্নবদা অপানথোইবনা কৌক্রুদা চৈংঙুশিংবু কৌখৎনবা শিন্থা পীখিয়ে। অপানবদি চৈংঙুলক্রুগী অথোইবা ওইনা পুথোকখিবনি, চিংঙুশিংনা মহাকী য়াথং ভাক্তবা য়াদে। মহাকী শিন্থা তুংইন্না কৌক্রুনা চৈংঙুশিংবু চৈশিং বাঙনা কৌখৎখি। চৈংঙু পুম্নমক শুনা তিনখি। অম্মুম্না চৈংঙু পুম্নমকপু কৌখৎপা ওমখি অমদি অপানবা অপানবী অনিগী অরুবা শিন্থা পাঙথোকপদা লায়না তেঙবাংখি হায়বদগী 'কৌবা রু' (কৌক্রু) কৌশিয়ে। কৌখিয়ে।

মার্জিং থোঙারক্লে। (মিংথোলগী রারমদি মথক্তা পনখ্রে)। থাংজিঙ থুংঙরে। লাইয়াম্বু সুপকা কাবা ওম্বা হায়বদি কোয়না লেংবা থম্বা ওম্বী অমদি কোয়না লেংলিবশিংগী পুকোক্তি মহাক্না ওইখি। রারি অসিদগী মহাকপু ইপুথৌ থাংজিঙ কোয়রেল লাই

হায়নম্ব মিঙ্গৌনখি। কুরুনা খুল্লমদাইদা মহাক্কা পানগী নিংথৌ ওইখি। মহাক চীংঙ্গ্নিংগী থোইনা পাঙ্গলবনি। অহানবদদি মহাক্কী কোলোই অসি কোয়রেল লাংদমক কৌনরম্মি। মহাক অসি মতিং লৈবা, মথৌনা লৈবা চীংঙ্গ্নি। মালেম অসি থম্মরোই খল্লহনা মহাক্কা অমাং হারমদগী ফক্কংলকপদগী খা হারম সোমদা কুংথখিবনে। কুরুনা, মাঙহনবা অসিদি তৌরম্ব হায়না মহাকপু পুকশেম্বদগী মপুক্কিং ইংথখি। কুরুনা মহাক্কী মফমদা— হুয়েন লানথেংনবদা শম্ নমাম্ব খুররোইদবা, কৈপোৎ তরানম্ব চাবা লোযরবোইদবা শাম্বা পাঙ্গল কনবা নহাক্তি অপাম্বা লৈফম খিরো তাকপিবদা, মহাক্কা মখাথংবা হারমদা লৈজরগে নিজ-খিয়ে। অদুবু, মখা হারমদি কুৎপনা লাইয়াম্না থোল্লবম্ব তরংনা কুপতুনা থরদি অদুম লৈরি। মহাক্না কুরুদা — মফম অসিবু কয়ম্না খুন্দাগদবনো পাওহংবদা কুরুনা, ময়াম্বুং কৌক্রুনা কোনবা লম-দগী চিং থাংহুনা থোলদু পাওতাকপিখি। থাংজিঙনা ময়াম্বুং কৌক্রুদা, খর থাংমিল্লসি হায়জরুবদা নদোম থাংঙ্ হায়হুনা য়াবিরক্তে। থাংজিঙ ইকাইবা নংলহুনা অশাওবগা লোয়ননা চিঙশিং অদু ফম্বননা ফুক-ফুকতুনা মতোমতা থাখি। অদুম্না, মশাগী লৈফমবু তোঙননবা শেমহুনা খুন্দাবা য়াইনখিয়ে। অসিদগী মহাকপু চিঙ থাংজবা 'থাংচিঙ' (নত্রগা থাংজৈ) হায়বদি 'থাংজিঙ' মিংগৌখিয়ে।

থাংব্রেনম্ব থোজায়রে। মহাক্কি মথোঙ নাম্মা য়াউরমদে। অসিদগী মহাক্কি কোলোয়দি অহানবদা 'খোঙতেক খোঙয়াউ

পাখঙবা' হায়না কুরুনা মিংথোনখি। মথোঙ নাম্মা য়াওদবনা, অকনবা থৌদাংগী মহুত্তা কংলৈ অসি মহৈ-মরোং থাউ হায়না কুরুনা শিনথা পীখিয়ে। অস্নুম্না, কংলৈদা পুকৈ, চেঙ্গৈ থম্না থমউ হায়না পাওতাকপীখিয়ে। শিম্থা অসিগী তু'ইম্না থোঙতেক থোঙয়াউ পাখঙবনা কংলৈদা তরা চেঙ্গৈ থাখিয়ে। পুকৈ চেঙ্গৈদা মহাক্না খ্বাইদগী ইহেন হেন্না লৈরে। অস্নুম্না, মহাক্না চীংঙ, পুম্নম-কপী চেঙ্গৈ, পুকৈদা. রাংবা হেন্নি হায়দুনা অরাংবা পুকৈগী মপুরেল 'রাংপুরেল' (রাংব্রেন) অস্নুম্না খঙনখিয়ে।

অস্নুম্না, চীংঙ শিংবু কৌখৎতুনা শুনা তিল্লবা মতমসিদা জগোই কুম্মৈ হৌনদবা থৌরাং তৌরে। চীংঙ শিংনা মানা মানা তৌবা য়াবা থৌরম পায়দুনা থোঙঙাকপা, তানৈয়েবনচিংবা পুম্নমক তৌন-খিয়ে। চীংঙ শিংনা কুক কুক ইন্নবা তিন খ। পুম্নকী মযাইদা অপানথোইবা, অপানথোইবী অনিনা হরাও মথোই কানা জগোই খুথেক তমখিয়ে। চীংঙ পুম্নমকস্থু হরাও মপুং ফানখি। কুম্মৈ অসিদা মুংঙাইরদুনা পিশাতাউনা সনা থাখি। নোংথক্কপী সনা মনি মুক্তা কয়ামুক অরৎপা লৈতনা থাদরকখি।

হরাউ কুম্মৈ লোইরবদা চীংঙ শিং মহৈ মহে মাগী মাগী লৈফম-দা থোঙহন্নখ্রে। অসিদগী অপানব , অপানবী অনিস্থু খুন্দ লৈতা-দুনা লৈফম থিবা হৌরক্লে। মথোয়না অশুম অম্নুম পামেল উজাও মথোঙবু থিরক্লে। কোদুনা থিরবা মতুংদা নোংপোক পাংবা হারনদা পামেল উজাও থেংনরে। মকম অসিদবু খুন্দা লৈতাদুনা লৈগে নিঙলক্লে। অপানবা, অপানবী অনিনা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবা

হৌখ্রিবসি অমাই কোরৌদনি পরম অসিদগী মফমসিবু অমাইচিঙ ( নোংমাইজিং ) হায়নবু মিংথোলখিয়ে।

থুন্দা লৈতারবা মতুংসিদা অপানবা, অপানবী অনিনা করি শিল্পাবু পাওলগা লেনসিগে খল্লরকখিয়ে। মখোয়না খারি লৌ-য়ান্দুনা, কুম্মৈ তোতুনা লেনখি মতুংদা পাম্থোইবীনা, মখোয়না য়াল্লিনা খারি লৌবুক অসিদা মহৈ মরোং থাসি রাহৌরকখিয়ে। অপাম্থোইবগী ইরোই শন্দম্বা অমথক্তি লৈজরম্মি। ইরোই শন্দম্বা অমত্তনদি খারি লৌ পানবা য়াররোই খল্লতনা অপানবনা বাংপুরেল-দগী ইরোই খরোবী অমা রায়খি। খারি লৌবুক লৌফাৎ তম্লবদা মহৈ মরোং ইত্তন তমগে নিঙলক্লে। মহৈ মরোংদি লৈরমদে। অপানবনা হুনগদবা মহৈ-মরোংশিং অসি কনাদগী লৌসিগে হায়না অস্থম খল্লকপনা চীংওু অতৈদা হায়রুরবদি কাম্মররোই নিঙলতুনা মসিম্থ রাংপুরেলদগী হেক্তমক লৌক্ররগে খল্লকলে। অস্থম্না, মহাক্না রাংপুরেলগী মনাক্তা চংতুনা মহৈ-মরোংগী ফৌদি খরদং নিক্তরুবদা উাতোং মীরুক অমগী চাংদমক পীবীরকখি। মহুন, মরু-মরাংগী ফৌদি হৌদোকনতুনা অপানবা, অপানবী অনিনা খারি লৌবু পানখিয়ে।

অস্থম্না, অপানবা-অপানবী অনিনা অমাইচিঙ (নোংমাইজিং) দা থুন্দাতুনা খারি লৌ পান্দুনা লেনখিবা অসি, তাংখুলগী শক-লোন্দা শান্নখিবা কুম্মৈশিংতুনি। মতাং অসিগী বাম্নীদি শমজিল্লে।

———

# পাখঙবা মিংথোল পিবা

মথক্তা পঁনখ্রিবা খুৎশেমশিং অসিনচিংবা কম্না বু কুরুনা পুথোকপা লোইখ্রে। মসিগী তুংদা কুরুনা মপারি য়াইমা কুপ-ত্রেংবু কৌশিন্দুনা মশানৌতোন শেনত্রেংবু পুরগা মালেম কোয়না চৎতুনা মাগী খুৎশেম অহুবু য়েংশিন্নরুচো হায়হনা থৌশিনখিয়ে। কুরুগী য়াথং তুংইন্না কুপত্রেংনা শেনত্রেংবু পুরহনা মালেম, তুখোং কোয়বা হৌরকখি। অসুম্না, মচিন-মনাও অনিনা মালেম কোয়বা চৎশবদা লাইপুংথৌ মাপন অমদি লাইহুরা তরেৎনা মালেমগী অৱাংপা শেমজিন-শাজিনবগী থৌদা য়াহৌএ।

মতাং অসিদা, কুকনা মাগী শাইওন য়াম্বা অহুবু মপা-রিশিংদা তাকপিরগে অহুগা শাইওন খুদিংদা মাবু মশক খঙবা ঙম্লবরা য়েংলগে নিঙখরে। মবম অসিদগী কুরুনা, থবাই মিরেল য়াওদ্রবা কাউরেল (ষন) অনগী শকুম লৌরহনা মপারিশিংনা খোঙদোইরকপদা য়াংদৌ লমদাঙ থোক্কদবা তোরৈ তুথুপ তুংইন্না লাইজথক্তা তাওরহনা লাক্লে। মপাবুংনা অসুম তাওহনা লাক-পহুবু তুথুপ অমদা মপারিশিংগা লমওক্লরুরে। চেংলৌ শক-লোৎলিবা পম্থৌগী অহুগুম্লবা শক্তমহুবু মপারিতোন শেনত্রেংনা হান্না শকউখি। মহাক্কী পীবুকমুংদা মওন মওন খনখরে। চেংগৌ শকযাম্বা পম্থৌনা, ঈচিন ঈনাও অনিবু লৌশিং চাং য়েংনিংহনা অশিবা কাউরেল ওইনা লাক্লিব্রা? বাখল অসি লৈবদগী মহাক্না মযাম্বুং কুপত্রেং য়ে'হনা চিঙ্গোইরকই—ঈয়াম্বুং মাঙগী তুথুপ অসিদা তাওথরক্লিবা মিরেল য়াওদ্রবা কাউরেল

অসিদু ঐখোয়গী অপোকপা পম্মৌগী শাইওনতুম ওইরিব্রা ? কুপত্রেংদি, মপাবুংনবু কান্নব্রবা অশিবা কাউবেলগী শকতম ওইনা শাইওনলম্বা হৌনদে নিঙলম্মী ৱাখল অসিদগী মহাক্না কাউরেল অসিদি নারক-শীংলক্তা মতোমতা শিজ্জহুনা পংতাও তাওথরকপ ওইব্রমগনি, ঐখোয়গী পম্মৌদি অম্মম। শাইওনলম্লোই, পাওখুম্নহ্নগ খোঙৈল পন্দন হেন্নগংব্রে।

সোমদা শেনত্রেংদি মাগী ওশাইগী ৱাখলনা পুন্দুনা কুরুগী হুকচং লৈরিবা মক্কমদা অহুম পন্দুনা লৈহৌরে। মহাক্না কাউরেল অশিবদগী মিংক্কম হোংবা লৈখিদে। ৱাংলেন অসিমক্তদা কাউরেল অহুনা মমৈ হাইরক্লে, মনাম্ম হুম্রক্লে। খৌদোক অসি উনদা মহাক্না অশিবা কাউবেলনবু করিম্নুংগী মমৈ হাইগবনে; মপাবুং শোযদনা ওইবগনি হায়না ৱাখল তৌরে। তন্দন মহাক্না লাইম্মনুংদা কুমথরে অহুগা—ইপা ইবুংঙো, পন খৌদি লাইজথক অসিদা চেংলৌ শক্লোংতুনা লৌবরম্লিনেইরে অম্মম। কাউবেস অহুবু তোবানথক্তা চিংখৎলক্লে। মতম অসিদা কুরুমা মশগী শকতম হাঙ্গনহুনা চোংথোরক্লে। মপাবিতোনবু চেৎনা কোনবিহুনা মাগী শাইওন য়াম্ববু চেংলৌ শকখংবা ওমই হায়হুনা থাগৎপিরে অসিদগী শক্লোন ম্রাম্বা তাইবং কুরু মপাবুংগী চেংলৌ লায়না খঙবা ওম্মী হায়বদগী শেনত্রেংগী অতোপ্পা মমিং পম্মৌ মপাবু শকখঙবা 'পাখঙবা' হায়না মিংথোলখিয়ে।

# শাখঙবনা ফম্বাল তোংবা

## ( নোঙ্খেংঙ কোইবগী মতাং )

হয়িচক অসিদা কুরুনা চীংঙ শিংগী নিংথৌ ওইহনা অসুম কৈরকপনা অহনগী মতম ওইবক্লে। শাথুপ্পগে নিঙলক্লে। ব্রাখল অসিগী ব্রাহ্মোদগী কুকনা মপারি কুপত্রেং শেনত্রেং অনিবু মনাক্তা কৌশিনলে। মপারিশিংনা মনাক্তা লাক্লবদা শিন্থা পীরকএ— পারি অনিমক ত রো, ঐদি অহনগী মতম ওইরক্লে অহনা নখোয়না মালেম নোংখোঙবু তরেৎলক হন্না কোয়বা হানবা তাম্নরো। অহানবা অহুদা ঈপাগী তাঙবল অসি শিন্নরগে। অমুন্না শিন্থা পী'খ্র।

কুরুগী শিন্থা তুংইন্না মপারি কুপত্রেং ( সনামহি ) দি মপা শারেপ ফংঙবা, শমু পাঙ্গল কল্লবা ওইবনা মালেম নোংখোঙবু তরেৎলক হন্না কোয়বগী অকিদা লৈরম্মদে। মহাক্তি শোঃদনা ঙমগনি হায়বগী ব্রাখল লৈরম্মী। তাঙবল অসি মহাক্না শোঃদনা ফংলগনি হায়বগী ব্রাখলগা লোয়ননা, মালেম নোংখোঙবু তরেৎলক হন্না কোয়কনবা খোঙশানখ্রে।

সোমদনা মপারি শেনত্রেংদি নাব্রা ওইরি, মপা শারেপ ফংত্রি। মহাকম্ভ মালেম নোংখোঙ কোযরুবদি ঙমগনি খল্লি। অদুবু মহাক্তি ময়াম্বুং কুপত্রেংগুম শাম্বা পাঙ্গল কনত্রিদে। মরম অসিনা ময়াম্বুংনা মঙোন্দগী হানখিগনি খল্লে। মহাক্তি কুরুগী তাঙবল কংবগী ব্রাখল লৈরমদে। মহান্না, চিংঙ কনাগা ব্রাতানসিগে থন্দুনা

অস্থম ?লরে। খনকম থোকত্রহ্না মমা লৈমরেল শিদবীগী মনাক্তা চংশিল্লক্লে। শিদবীগী মফমদা মহাক্লা কুরুগী শিন্থাহুগী বারম পুম্বা তমলুরে। ময়াম্থুং য়াইমনা নোংখোঙ কোয়ুরুবগীদমক হাম্না খোঙশানখিবা অদুস্থ তম্রে। অস্তুম্না, মপারিতোনগী পাইমন্থুংগী চিংনবা, থুংঙাইতবা অদুবু শিদবীনা উখি। করম্না মপারি অতোনবগী তেংবাংবা ঙমগদগে হায়না ঙাইহাক বাখল তৌরুরগা শিদবীনা–বারুগন্থ! পরিতোন নংনা শোয়দনা তাঙবল যংগনি। চিংঙুশিং অমদি ম্নালেম খ্বাইগী হৌরকফমদি কুরুনি। অদুনা চিংঙুশিগী মফমদদি মহাক্কী তাঙবল অসিনা মালেম শক্লা অথোই-বনি। পরম অসিনা, মহাক্কী ফানখোঙবু কোযরগা মালেম্থু কোয়বগা চপ মান্নবনে। অদুনা মহাক্না তাঙবল অসিবু কঙগে নিঙলবদি, কুরুগী ফানখোঙবু তরেংলক হাম্না কোযরুবো অদুগী তুংদা কুরুগী থুয়াখাদা মালেম নোংখোঙ কোয়জরুরে হায়নবু পুনেমজরু ও! অস্তুম্না তাকপিখ্রে।

পলেম শিদবীগী পাওতাক মতুংইম্না শেনত্রেংনা, কুরুগী ফান-খোঙবু তরেংলক হম্নবু কোয়জরে অদুদগী কুরুগী থুয়াখাদা—ইপা ইবুংঙো, মালেম নোংখোঙ কোয়জরুরে তাঙবল পীনবিরো অস্তুম্না খুরুমজখিয়ে। খোদো অসি মপারিতোনগী পাইমা বাখল্লদি নত্রে কনাগুম্বগী থোইনশিন তুংইম্না পাঙথোকপনি হায়বসে কুরুনা খঙ-লে। কনাগী থোইনশিন্না শিনথা অসি পাঙবনো হায়দুনা কুরুনা হীরী বাখল তৌবদা শিদবীগী থোইনশিন ওইরম্লে। অস্তুম্না, শিদবীনা তাঙবল অসি মপারিতোনদা পীনিঙলমাম্লে খল্লদুনা কুরুনা

তাঙবল অতুবু মপারিতোনদা শিন্নথোকখিয়ে।

অমরোমদা কুপত্রেংসু মালেম নোংখোঙবু ভরেৎলক কোয়রুবা লোইখ্রে। কোয়বা তোকতুনা ঙাইহাক পোত্থাতুনা ফমথি হায়-রিবা মফম অসিবু হৌজিক ফাওবা 'তোকপা পুঙ' হায়না খঙনরিবা অসিনি।

মতুংদা, তোকপা পুঙদগী কুরুগী মনাক য়ৌশিল্লক্লে। অসুম্না কুরুগী খুয়াদা পুকমজগে চঙলকপা মতমদদি লাইমুরা ভরেৎনা থোগল তৌরতুনা কুরুগী মঙত্তা মশানৌতোন শেনখ্রেংনা তাঙবল-থক্তা ফম্নবতু থেঙনরে। থোদৌ অসি উবদা কুপত্রেং অশাওবগী পন্দোম লোমখ্রে। মহাক্না খুৎশু শৎতুনা শরি নামুংখি—ঈশা-নৌগী থোওং অসিদা তেঙবাংখিবা কনাগুম্বা অত্ত পা ওইবম্নগনা লুরেল কক্কে, পী ওইরম্নগনা তালোই শিঙদা চিল্লগেদো। রাশক অসিগা লোয়নন্না, অসুম্না তেঙবাংখিবা খিরকপদা থোইনশিন্না তৌরমলিবা অত্ত মমা লৈমরেল শিদবী ওইরম্বদগী মহাক্কী রাশক কায়রে। রাশক কায়খিবদগী মহাক অথোইননা হেন্নতুম শাও-গৎখ্রে। অসুম্না, অশাও-খাম্বী মৈহৌরতুনা মহাকী খুৎশেম মাঙেম অসি মাঙহল্লগে খল্লতুনা মালেমবু লেপত্রে হাইরক্লে।

মতাং অসি য়ৌরক্লবদা কুরু থুপতুনা লৈবা য়ারকত্রে। মহাক্না চোংথোকতুনা মপারি য়াইমবু নাউথেমলক্লে—ঈপ গী ঈপারি য়াঈম-ও। ঈশাগী থরায় মিরেলদগী ওইথিবা নংবু শাওগনো। নশানৌতোনদি চুম্নতগী তাঙবলথক্তা ফমতুনা নিংথৌ মিংথোল কংজবতনি। নহাক্তি চক খুদিংদা নথুৎশেম মালেম অসিগী

য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংগী নিংথৌ ওইরগদবনি। য়ুমথোং খুদিংগী মোইরাং লাইঙ্গি পাংবদা নহাক্কি খুভমগেন ওইহন্না তাইবংপান পুম্বনা "লাইনিংথৌ সনামহী" মিঙ্গৌননা জেঙদবা নিংথৌবু ওইকবো। ননাউনা তাঙবল অসি লৌখিবদা অথিংববু ওইরগনো। অসুম্না কুকনা পুকথেম্বদগী কুপত্রেং সনামহীসু মপুরিং ঙপথখিয়ে।

মতুংদা, কুকগী থৌশিল তুংইন্না লৈমরেল শিদবগী ওইথংবা শম্লাংদগী "উমাসনা চীং চৗরোইবৗ" পুথোকখি। মহাকনা কুপত্রেংগী তালোক ওইনা লৈখিয়ে। অসুম্না কুপত্রেংগী রাশক অহু কায়হন্দনা ঈমা লৈমরেল শিদবীগী হকচাংমক্তদগী পুথোকপা মশামককুমবা মুপীনা তালোক ওইহন্দুনা পুম্নমক ইংথনখিয়ে। অসুম তৌনা, কুপত্রেংনা সনামহী মিংথোল লৌদুনা তাইবং পুম্বগী মপু লাই-নিংথৌ ওইনা লৈখিয়ে। কুকনা মহাক্কি অহৌবা চকতগী অরোইবা চক ফাওবদা লৈবা ওইরো অসুম্নসু তাকপীখিয়ে।

# তাইবং জিবা পুথোকপা

মথক্তা পনখ্রিবা পুন্নমক অসি শেম্বা লোইরবা মতুংদা কুরু-না তাইবং মী পুথোক্নুনা থুন্দা লৈত্তাহন্দুনা মালেম অসি অমুক্তা হেন্না মপুং ফাহনগে নিঙলক্লে। রাখল অসিদগী কুরুনা মপা-রি য়াইমা কুপত্রেংবু কৌশিন্দুনা তাইবঙ মী শানবগী শিন্থা পীরকখি।

সনামহী কুপত্রেংনা য়াথং অসিগী তুংইন্না মালেম লৈপেং থর পোকতুনা শাখি। মহাক্না কুরুদা তাইবঙ মী মাল্লবরা হংবদা, কুরুনা মসিদি হংতুম মাল্লে হায়রকপদগী 'হঙোই' মিংথোনখি। মসিনা ইহান হান্না শাবা তাইবঙগী জিবনি। শারুবা জিব খুদিংমক লেম্না মাঙহনবা য়াদবনিনা (তাইবঙ মী মান্দবা জিবা খুদিংমক) থরায় মিরেল হাপতুনা মাগী মাগী মতিক মঙম পাঙলুনবা থাদোকখিয়ে।

অস্নুন্না কুপত্রেংনা মখল-মথা অয়াম্বা জিবশিং শারকপদা তাইবঙ মী মানবা শুকঙম ঙমখিদরে। অসিদগী, কুরুনা সনা অহিংবা মচুনা কোরৌ মশেককুম মীৎ থকহন্দুনা মশাগী মমিবু মালেম লৈদা তাহনখি। মমি অহুবু য়েংলগা শাও হায়হুনা পাওতাকপিরে। কুপত্রেংনা কুরুগী মমিবু য়েংহুনা অস্নুম শারক-লে, অহুবু মমায়দি উবা ফংদবনা ফনা কন্না হোৎনহুনস্নু শকুম পুথোকপদি শুকঙম ঙমদরে। অসিদগী কুরুনা তাইবঙ মীদি

মমিং, মনা, মনাত্তোন, মচিমচিংবা পানগদবনি তাকপিরে। কুপত্রেংনা য়ানা হোৎনহুনা শায়বা মতুংদা কুরুদা মাল্লবরা হংজখি। কুরুনা থুমখি—মানফাঙে, মানদেরো। কয়ে, শাগ্র-বহুদি মাঙবা য়াদে, মওংবুদি মাল্লে। অম্মা, মাগী মওং মান-বা অমদি হৈ-শিংবা মওংদগী 'য়োং' হায়না মিংথোন্দুনা উরক বারক্তা উহৈ-য়াহৈ চাহুনা লৈরুরো থাদোকখরে। হৈ-শিং-বদা য়োংদ-য়োং হায়নরিবহুনি।

সনামহিনা কুরুদা-করম তৌগনি পম্ভৌ হায়না য়াবারক্লবদা। কুরুনা থুমখিয়ে—কয়া হোৎনহুনা মাল্লবা শেমমু। কুপত্রেংনা থুমখি—করয়া মালহনগদ্রনো। খনবদা ঙকএ। কুরুনা, নপা ঐগী শক্তম য়েংলগা শাউ হায়না তাকপিরে। কুরুনা মশাগী শক্তম্মু মীগুম্মা পুথোকতুনা য়েংহল্লগা শাহল্লে। হনদকক্কি থুংশেম অসিমদি হান্না শাখিবশিংদগী পুমতোং তোঙালনে অহুদগী কুরুনমু 'মী' হায়বসি অম্মা ওইহল্লগে নিঙলহুনা মসিমদি মাল্লে হায়না তাকপিখরে।

কুরুগী মমি লৌহুনা শাখিবনি হায়বদগী জিব অসিগী মমিংবু 'মি' দগী লৌথোকপনি হায়হুনা 'মী' কৌখিবনে। মী মাল্লবা কুরুদগী থোক'খবনে। পা-পী লেপ্পবা মতুংদা মমিং থোললু হায়না কুরুনা তাকপিখি। অহানবা ওইনা কুরুগী মমি লৌরগা শাখিবা শক্তম অসিবু 'পা' (নিপা) ওইহনখিয়ে।

অম্মা, শিদবীগী মমিদগী মহাক্তী কায়াৎ খুদিং গুনা হাপ-

তুনা 'পী' (তুপী) শক্তম শাথি। লৈময়েল শিদবীগী মমি পী হায়বদগী তুপী কৌথিবনো। অদুনা কুরুগী য়াথংদগী কুপত্রেং সনামহীনা য়াম্না ৱানা হোংনরবগী তুংদা তাইবঙ মী পুথোকখিবনে।

## য়াইচংলোন খর

অতিংকোক শিদবগী লাইচং :—

(১) নোংশাবা, (২) চাখাবা, (৩) মারচিঙ, (৪) লুরাং নিংথৌ, (৫) শমবুম নিংথৌ, (৬) থবায়রেল, (৭) পোম্বী লুরাউবা, (৮) শিংতাবু, (৯) পোইরৈতোন খুন্থীবা, (১০) পুখাংকোই, (১১) মুংপোকপা, (১২) মুংকাং মহা-রাবা, (১৩) চীংখৈ নিংথৌ, (১৪) উনতিন, (১৫) মহৌ নিংথৌ, (১৬) উকাং নিংথৌ, (১৭) ঈপুরেন, (১৮) ইতাই-রেল, (১৯) মকুরেল, (২০) থোংথোকরন, (২১) অন্দ্রো থুম্রাকপা, (২২) চেংঙা, (২৩) থবা, (২৪) কৌব্রুলাই অসিনচিংবা।

লৈমরেল শিদবীগী লাইচং :—

(১) য়াইবীরোক, (২) হীরৈমা, (৩) ঈরাইলৈমা, (৪) হীকুবী, (৫) তরংলৈমা, (৬) যুমজাউলৈমা, (৭) উশালৈমা, (৮) লংমাই পেতংঙা, (৯) চীমপন, (১০) চীংঙালৈমা, (১১) হৈপোক লৈমা, (১২) ঈরৈমা, (হিয়াংথাং লাইরেম্বী), (১৩) ঈচুম লৈমা অসিনচিংবা।

কোনচিন তুথুপ্পা লাইচং :—

(১) শেনত্রেং, (২) কোলৌরেল অপানবা, (৩) পাখঙবা, (৪) নাওন অহনবা, (৫) থমলাংপা, (৬) মুয়া নিংথৌ,

(৭). তাউথিংমাং, (৮) য়াংকোই নিংথৌ, (৯) তুবু চীংনিংথৌ, (১০) অচিবা, (১১) য়াংকোই, (১২) থাংজিঙ, (১৩) ঈকোপ নিংথৌ, (১৪) অয়াপা, (১৫) লৈকাচেং, (১৬) য়ানমুবা, (১৭) মুংজেংবা, (১৮) য়োঁভাইবা, (১৯) কোতিংলেন অসিনচিংবা ।।

সনামহী লাইচৎলোন ঃ –

(১) কুপত্রেং, (২) লাইনিংথৌ, (৩) চাথাবা, (৪) অচিবা, (৫) লৈশেমবা, (৬) তুশেমবা, (৭) মুংশেমবা, (৮) হমু কোকচাউ, (৯) হমু লৈথম, (১০) থোংভারেল, (১১) য়াঙ্গোল নিংথৌ, (১২) লমাবা, (১৩) তুমাবা, (১৪) য়েন্নখা পাউদাবা, (১৫) শাইজিন পোল্লুম্বা, (১৬) খোংবান লাল্লুমবা, (১৭) লৈরক শাথোবা, (১৮) লৌরুংহনবা, (১৯) কৈরুংহনবা অসিনচিংবা ।।

মথক্তা পীজখ্রিবা লাইচৎলোনশিং অসিনা অসুবা অয়োইবা নত্তে ॥ থুদিংমক্কী লাইচৎলোন চামগনিপান চামগনিপান লৈ-গদবনি । অদুবু শকথঙনরবা থরতবু শিংথাজরে ।।

## কংলৈ ঙমদাই, লৈতাই, লম্দাই

কংঙৈচাশিংনা চীংঙুদা ( ইবেথৌ নোংদা লাইরেল পাখং-বদা ) লগুজখিবা মরাজশিং :—

১বা :—অহুঙৈ মৈদিংঙু থাগেম্বা সনা হাক্তক্তা থোকখিবা য়ারা লীয়োম্নি ।। মৈদিংঙু থাগেম্বা মহারাজনা মচাকী মোংবা শঙ্গায় নিংথিবা অমগুং শাগে নিঙলক্রে ।। বারম অসি মহাক্কা মনাই মশনশিংগা তান্নরে ।। শঙ্গায় অসি শানবগীদমক উরেপ (যাত্রা) হুমবা থৌরাং তৌরক্রে ।। অখঙ-অহৈশিংনা তাকপা তুংইন্না নিংথৌনা মনাই-মশনশিংদা উরেপকী উখুল তৌরো থৌদাখি ।। মনাইশিংনা থৌবাঙলুবদা লাইবক থীবদগী উরেপকী উখুল অসি নোংদা লাইরেল পাখঙবা কংলৈ পুবা ইবুধৌগী শমু হকচাং য়াংবীথক্তা থোকলুরে ।

থৌরাং লোয়রতুনা উরেপ হন্নুবা মতমদদি, ইবুধৌগী য়াংবী-থক্তা তৌরুবনা মরম ওইরতুনা উরেপ হেক য়ুংখংলকপদ' উখুল-য়ুংদগী ঈথেংনা নোংজু থাগী মতমদা লাইজ ঈপোম হৌবগুমনা ঈথেংনা য়া-য়া চেনথোকতুনা লৈবসিদা লৈবাক প্রজা, নিংথৌ পুন্নমক অঙকপা মতৌগুম য়েংহুনা লৈনখি ।। লৈবাকী কারিবাথোক ওইরকলবগী কন্ত খুদম তাকপনো হায়না নিংথৌম্ন পাইম পীবুরুং ।। য়ুংবংদনা অমা হইদোং লাংখি ।। লৈবাক মীয়াম পুম্নমক মিপাইনখি ।। ·

লাংথৌনা মনাই-মশনশিং থাহনা কংলৈগী অখণ্ড-অহং কয়াবু বোখৎহন্দুনা ঈরাং পুজা কয়া তৌরবসু কোনৌশিংবুম কয়ানিদি চেংথোরক্লিবা ঈথেং অদু থকপা কৌবা লৈখিদে ।।

অমুক্না, মুখিং কয়ানি হৌখ্রে ।। চাংঙুগী নোংদমদগী শিদবা কুকমরু কংলৈগী অরাববু কনবিরগা খল্লদুনা লোরেম্বম শাগেদা লাংওনখিবা লোরেম্বম খোংনাংথাবনা বননম্বু তাক্লবা তেংদা মদোম কংলা কারকখি ।। মহাক্কী য়াব্রা অমনা উরেপ অসি ফুক্তোকখি অদুগা অতোপ্পা য়াব্রা অমনা অমুক উরেপন্থংদগী চেংথোরক্লিবা ঈথেং অদুবু থকহনখি । উরেপ অদুদি ঙং খোংলহনা লেংতাক লাইজ তন্না পাইথখি ।। অমুক্না, ইবুধৌ পাখংবগী মফমদা লংজখিবা মরাল অসিনা লৈখ্রে ।।

২বা :— মৈদিঙু চরাইবোংবা সনা হাক্কী রানি ।। নোংমগী কোরৌ মুমিত্তা চীংঙু নোংদা লাইরেল পাখংবা, কংলা মুংচেং পুবা লাইনিংথৌনা কংলৈ ঈপাচাশিংগী অরা-অনা কনবীনবগীদমক লৈবাক অসিবু চাকহোংঙ ঙাহোংবীহনগে নিংলদুনা সনা মচু মানবা শক্তি অমগী শক্তম লৌরগা কংলা রাথোক লৈতাক পুংদা য়াথোরকখি ।। লুরাং য়ুথক য়োরমদাইগী রাংলেন অসিদা শক্তি অসিনা কংলা রায়েনপুংলোমদা য়েংদুনা লৈখি ।। রাংলেন পুংজাসিমক্তদা মৈদিঙু চরাইবোংবনা তরা লুক্তম্বা লোইরদুনা চিনকুপ তম্বা মপান লাংদা থোরকলে ।। মৈদিংঙুনা শক্তি অদুদা সনা মীৎয়েং শানথৈরুরে ।। অমুম থোকউ তম্বদগী, মহাক্না অপংবা রাখলনা শক্তি অদুবু ইচম-চম্বা চুমগী ওইনা নিংলুরে । তন্দনা

লুথুম কাদা চংখিদুনা মাগী ফুনান তেলহৈবনা খুৎশুরম্বা মখুৎশু লীরুংবু লীরী তেম্বা থোংলদুনা চেনথোরকখি ।। মদুবু উবদা ইবুধোগী শাইওন শজি অদু কোয়চেন - চেন্দুনা খাওখি ।। চরাইরোংবনা কোয়তান তান্নদুনা হু ম্নাওবা তেম্ব শজি অদুবু কাপখি ।। তেম্না পানবদগী শজি অদু কংলানুংদগী চেপ্পোকখ্রগা মুংজেংকোন মনাক্তা তুরে। শজি অদু শিরবনি খন্দুনা চরাই-রোংবনা লোগে চংলুবা মতমদা অওকপা ওইথোকত্রবা মওংদা শজিদুনা তাইবং মীরোল ওাংলকলে—"নপা-নপু মশক খওদবা নংদি মতম অমদা নপা-নচা মশক খওনদনা হাৎনদুনা নংগী শাগেগী তুম্না মাওনবা ওইরকউ ।।" অসিগুম্বা মীচৈ ম্নাবা অসি পীরম্নগা মকম অদুদা অদুম শজি অদু মাওখ্রে। অসুম্না ইবুধোবু শক-খওদবদগী লওজখিবা মরাল অসিসু লৈখ্রে ।।

ওবা :—গরিবনিৱাজ সনা হাকুক্তা শান্তিদাস গোশাইঁ মনি-পুরদা ৱামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকখি। মহাক্কী চিরোল ৱাহৈ কয়ানা নিংথোগী মপুক্কিং ফাখ্রে। মহাকনা হায়বা মতুংইন্না নিংথৌনা থৌরৈ থৌবাওখ্রে ।। এলহৌজৈদগী লৈরক্লবা ইনাৎকী লাইনিং-লাইশোল পুম্নমকপু হুন্লান্দুনা অনৌবা লাইনিং অসিদা পুক্কিং লুপখ্রে ।। অনৌ অনৌবতা পাম্না হৈনবা নিংথৌনি অদুনা মমিংসু "পামহৈবা" কিঙ্গোবনি ।। মহাক্না অনৌবা লাইনিং অসিদা পামনা লাইমিং লৌশিল্লে অদুগা লৈবাক প্রজা মীয়াম্নুসু নমদুনা লৌহল্লে ।। য়াদবশিংবুনা চৈন্নাক-চৈথেং পীদুনা লোই থাবা-ফাউবা ম্নাউখি।

শান্তিদাসকী থোইনশিন্দগী, হান্নগী লাইনিং-লাইশোনশিংবু মাঙহন্নবগীদমক হান্নদগী লৈরম্লবা চৎলম-লুপ্তিন, শুনা ইরবা কংলৈগী পুয়াশিংবু থোমগৎহন্দুনা কংলা উত্রা মাঙদা পৈথৎহনখি অমুগা শীংথন হাপত্তুনা থাম্বী মৈরায়হনখি। সুপ্পতগী শঙলেন পুবা পুন্না মরিথক্কমক থাম্বী মৈথক্তগী পাইথোকখি।

অমুম্না, চীংগু শিংদা লৎজখিবা মযাল কয়া অসিগী মলোম চীংগুনা কংলৈচাশিংদা হৌজিক ফাওবদা শীণ্ডহনা লৈরি। অসিগুম্বা মলোম অসিবু তিনকোক-লাইকোক্লনবা চীংগুগী মফমদা কংলৈচাশিংনা হৈনা উমদাইনবা তঙাইফদবনি। উমদাইনবা অসিদা অশোয-পবৈ লৈরবদি কংলৈপাক অসি মীরৈবাকচাশিংগী মথুত্তা তাক্তুনা মীগী ওইহনা মতম কুইনা লৈখিগনি। মলোমশিং অসিবু চমথোক্লহনা কোকথোক্লম্রবদি লৈবাক অসিদা কাং-থোং চাইবা কয়া হেন্না হেন্না লাকখিগনিয়ে। বারম অসি লৈবদগী চীংগুশিংবু হৈনা উমতাইজহনা মমাঙগী মলোমশিং অমু কোকথোক চামথোক্লবা ঙরাং থৌনিজবা অসিবু "কংলৈ উমদাই" হায়না কৌএ।

মালেম অসিদা লৈরিবা মীওই কয়া জাতি-বিজাতি, চীংমী তম্মী হায়বা থায়দনা চাম চিম্মনা লৈবা অসিবু 'লৈতাইনবা' হায়না খঙনগনি। অদুনা, কংলৈসিদা লৈরিবা জাতি-বিজাতি, চিংমী, তম্মী, মযাং, পাঙল থাক্তনা লৈমিন-চামিন্নবা, চুংশিননা ইচিন ইনাউগী মাথলদা হিংমিন্নববু 'কংলৈ লৈতাই' কৌই।

হৌখ্রবা, হৌজিক হিংলিবা, তুংদা লাকদবা মীরোল কয়াগী চংলম থোরম কয়াবু অমগা অমগা তাইনবগী মতম অসিবু "লংদাই" কৌএ। অসুম্না, কংলৈসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী হান্না ইপা-ইপুনা চংলম্বা, হৌজিক চংনরিবা অমদি তুংদা লাকদবশিংনা চংকদবা মীচংশিংগী তাইনববু "কংলৈ লংদাই" হায়না কৌএ।

# কণ্‌লৈ তুংগী খোঙলৈ লংলা-লংজিন
( কংলৈ তুংগী য়াবা লীরোল শৈহো-শৈদা )

(১)

মালেম য়ুমথোঙ খুদিংবু
নমা অপানথোইবীনা
চেঙবানা চেঙবী থৈবগুম,
নমু য়ুমথোঙ খুদিংবু
নমা অপানথোইবীনা
চেঙবানা চেঙবী থৈবগুম,
হো ! থৈবগুম থৈদোকেনে ।
মালেম য়ুম্নাক খুদিংদা
কাইয়েন তঙ্কানা লীরোনবী
মোইরাংগী সুজানা লাংওনবা,
লোংলো থৈনা হাইগুমবী
তে, তে তেংনৌনা তেংকাংবী;
নমা অপানথোইবীনা
য়াবা লীরোলবু কাঙলমগে
নোংয়াই নথোয়বু খঙহৌরো ।
হৈবোক চিঙগী চিঙদোন্দা
পামেল উগী উতোন্দা

চেক্লা অমনা য়াৱারনিএ,
হিঃ হি- হি তেংনৌপল অসুম হায়নবু
য়াবা লীরোল কাঙলমগে;
নমা অপানথোইবীনা।
নোংদা মচাইনা কুম্বগুম
হুম, হুম, হুম,
নমু নখোয়বু তাহৌরো;
নোংয়াই নখোয় পুমমকপু
ঙসি কোরৌ নোংমদা
তাহৌরোনে, নোংয়াই-ও, নোংয়াই-ও
হৈবোক চিঙগী চিঙদোন্দা
পামেল উগী উতোন্দা
কাইয়েন সুজানা লাংওনবা
চেক্লা অমনা য়াৱারনি,
তাদবা পুমমক তাহৌরো
তাহৌরোনে———।

(২)

নোং-ও চুথরো
হমুবা হমুবী তাওথরো,
লাংজিঙ মতোন থুমহৎলো
পাইশোয় মুয়াবী তেকখৎলো;

হো, তেকথংলোনে তেকথংলোনে ॥
কৈশাম কোনগী পনকোইমুংদা
ফিম্থ ফৌবনি শোকনি,
হুইগা য়েনগনা শোকনি
কৈগা য়েনগনবু শোকনি
শোকনিনে—————ঐ;
কোনারাবা তিং, তিং চাওরো
চাওরোনে——————এ ॥
কৌরু চিঙগী চিঙদোন্দা
কিঙৌ পরেং পরেংনা
ফৌববু উরক্লবদি
মালেমগী অহোংবা লৈরনি
লৈরনিনে নোংয়াই-ও ॥

# ফানতুপ ( পু ) অহুম চায়নবা

হন্দক্কী 'লাংবচক' ( কলি যুগ ) অসিদদি ৈম, ঈশিং, মুংশিং অহুম্না য়ানা লৈরোল তৌহুনা লানবন শেম্নরক্কনি ।। অহুগা লানবন অনি হায়না চায়নরক্কনি ।। মালেম লৈবাক্না দোশি ওইরগা ঈশিংনা থাউ ওইহুনা চাক্লনি ।। ফানতুপ ( লানবন ) অহুম অহুদি— কৈবুঙ নোংমৈবুঙ অমদি ললাম্বুং অহুমসিনি ।। কৈবুঙনা অরোংপা শাগী পাংথককুম লোম্নুনা লৈরিবৈ নোংমৈবুঙগী তেঙ্গোলনা লীরুং তেঙ্গা থোংহুনা তেনথা নাউহুই তম্মগনি ।

মথংদা তাইবং পানবদা লৈরিবা মীশিংনা মাগী মাগী য়ুমফমদা (মরমদমদা) হনজিন্নরগনি ।। ফানতুপ ( পু ) অনি চায়নরবগী তুংদা লেমহৌরিবা শরুক খরহুগা অতোপ্পা অমগা অমুক চায়নরগনি ।। 'ললাম্বুং' খঙহৌদনা নোংথক্তা থাকপা মখোল তাগনি ।। চংলে চংনা শিগনি, ফমলে ফম্না শিগনি, তুম্লে তুম্না শিগনি, চারে চানা শিগনি, ফিয়ানখোক্তগী ফি লোকপা নংদনা শিগনি ।। অহুগা লেমহৌবা খরা অহু থাজং ও ফানতুপ অহুমগী চায়নবা খরা হেন্না অমুক কনথংলক্কনি ।। মায়কৈ মরিদা ( অসাম, কবো, তখেল, কাছারদা) লৈখিবা কংলৈচাশিং পুম্নমক মাগী মাগী মফমদা হল্লকতুনা ফানতুপ অহুমগী চায়নবা অহু য়াওরগনি ।। মথংদা মালেম অসি নাকপাক তানহুনা চায়নরকপনা অসুম লেপলক্তবদগী সুমিং অসি ঙাংশং ঙাংশিল্লকনি, মতম অহুরাইদা

নোংপোক চিংখৈ তরংদা চীংঙ্, অমা খোরকতুনা মালেমবু কয়নবা হোংনরগনি ।। মতম অদু য়ৌরক্লবদা, চীংঙ্গু কুইনা নিঙজররক্লবা অরান-অহুই চত্তবা মীশিংতমক হিংহৌরগনি ।। মতমতুদা নমায় নোংপোক ওল্লগা খুৎশানা মালেম লৈদা শৌহুনা বনবু শারগা নংনা নংনা নিঙজবা চিংঙুগী থাগোনলোনবু পুক্লিং চেৎনা থাগোল্লবদি খাঙ্থক্তা অহুমক শিগনিয়ে ।।

চেংবানা চেংবী থৈবগুম
মালেম য়ুমথোঙ খুদিং থৈরনি ।।

ফানতুপ অহুম অদুগী মনুংদগী অমথক্তা ঙাইহৌরনি, মথোয়-তুদগী ফত্তবা মথৈদি মযদনা হিংচাবনা লাংওনবা চীংঙ্ অমা থোরক্লগা চিন্দমখ্রগনি ( চাথোকখ্রগনি ) ।। হায়রিবসি শাগোলশেন কোরৌদনি ।। চিন্দখ্বদগী লেমহৌরিবা খুপা খুপিশিংদো চীংঙ্ অমা থোরক্লগা মুংজেং কোনগী (মুংজেং পুখ্রিগী) ঈয়াইদা পা পী খায়দোক্লগা ঈরুপহনগনিয়ে ।। ফাওগৎলকপা মতমদদি মথোয় খুদিংমক চহি ১৫গী পাংখক ওইরগনি ।। পা-পী মশক খঙনররোই ।।

## কংলৈপাক্তা অমুক নিংথৌ পাল্লগনি ঃ

অহুদগী কংলৈপাক্তা নিংথৌ পাল্লগনি ।। নিংথৌ অদু চহি ৪০০-৪৫০গী মনুংদা লৈবা মীওই ওইরবা য়াই ।। নিংথৌ অদু মোংয়াম্বা হাক্তুগী চরাইরোংবা মহারাজগী হাক্তক ফাওবগী ঈনা ওইরগনি ।।



## তুংগী কংলৈ য়াৱা কাওলোব

ছঁ ছঁ চুমথ্রম পাঙনবা ইদাইরম লোইবী য়ারোই লোই-ভমথাই ।। ০ ।।

১। নোংপোকথোঙ হাংবা ঃ— ( খোঙলৈথাবা )

লাংবন থাদগী মনিপুর ( কংলৈপাক) নোংপোক হায়মদা লৈবা মীওইশিংগা খুংশয়বা হৌরক্লুনা চংকদবা মওংদি সনা সরক য়াংবী-থকতা অনিং ( নিংথৌকাবা ) কোয়ৌগী লুয়াং য়ুথক্তা মীয়লৈমা কায়দোংবা শাদোংনা হৌরনি ।। অতুম ওইনমক মপুং ফানা চাকচা য়াইথপ ফমফম তিন্নহুনা চারো - মীরৌনিংগনি খোঙথাং অমত্তুদা চংমিন্নরগনি ।।

২। নোংচুপথোঙ থিংবা ঃ—

অস্তুম্না, মনিপুর নোংপোক হায়মগী মীওইশিংগা খোংথাং অমত্তুদা থাংমিন্নরকপদগী মোংচুপ হায়মগী মীওইশিংনা মনিপুরদা থুন্দা-সৈতাহুনা লৈরম্বা অমদি থৌওং-থৌদা কয়াদা লৌনম য়ায়েল তৌহুনা কংলৈচাশিংগী মীত্তা উফুল চাইশিল্লম্বদো খোমলেন মীৎকপ থোরক্লগনি ।। কংলৈ ঈপা ঈপুগী হৌন-লিকলম খঙ-লক্লুনা নোংচুপকী মীওইশিংগা নিংঙাই-শাংদানরগনি ।। অস্তুম্না, নোংচুপ হায়মগী সনা সরক য়াংবী থিংবা হৌরগনি ।। অতুবু, মঙাংগী য়ুথকগী নিংঙাই-শাংদানরকপনা মতমগী য়াওন তুংইন্না অমুক্তম্তু হেন্না কংলৈচাশিং মীৎকপ থোরকতুনা মীয়াম খুদিংমক

মরমদম মাইকৈ পাংখিবদগী থুমন য়ুথকতদি মপুং ফানা পুমথিং থিংখ্রগনি ॥

৩। অঙাইথেল কৈথেল মপুংফানা কাবা :—

মনিপুরগী কাচিন-কোয়া মফম খুদিং কৈথেল মশীং য়াম্লনি, য়ুমথোং খুদিং লাইশঙ লৈরনি ॥ অঙাইথেল কৈথেল মপুংফানা কারনি, অহোংবা কয়া লাকঅনি ॥

৪। খোংভাখুল মাঙনিংপৌশোক মাইচৌ তরেৎমক্কী খোঙলেন ফিজং হাংবা :—

নমু পাথৌ অহুম নত্ত্রগা মরিনা মাইচৌ তরেৎমকী খোঙ-লেন ফিজংবু অথাংঙম্না কোরৌগী মঙাং ইন্নুংদা হাংহনা মীতৈগী অরিবা পুয়া খোঙ্গুল লীহনা ঈশৈ শক্লনি ॥

সে সে সেশোতি
লাইশ্রম মচা সেবোতি
নংগা ঐগা কাউনসে
কনানা ঙম্বগে য়েংনসে ॥

এলহৌডৈ গরিবনিবাজ সনা হাক্তক্তা সান্তিদাস গোসাইনা মীতৈগী মাইচৌ তরেৎতা লাইপা শন্নবা মচাশা নখোয়গা ঐহাক্তা মহৈগী চাং য়েংনসি হায়হনা হায়খিবা য়াফমনে ॥

মঙাং, লুরাং, খুমন সলাংরেল অহুমসিদগী অমনা চরৈ ফিদোল অঙোবা ফিজেৎ থোল্লবা, থাওবু থাওল য়ানবা পুয়া পায়বা নমু মাইচৌ অমনা কোন্থোজম লাইরেম্বীগী থোহ্ মুঙপাক্তা ইরিবা

কংলৈ ঈয়েকপু নিংথৌকাবা কোন্নৌগী মঙাং ইমুংদা পাম্লরনি।

৫। নোংপোক হায়মগী লুৱাং মাইচৌনা নোংচুপ হায়মগী মঙাং মাইচৌ উনবা লাকপা :

থোঙলে শুরহুনা, নোংপোক হায়মগী লুৱাং মাইচৌ অমনা নোংচুপ হায়মগী মঙাং মাইচৌবু উননবা হুল্লাক্কনি। খা মোইরাং হায়মদগী থুমন মাইচৌ অমম্তু হায়রিবা মঙাং মাইচৌসিবু উননবা হুল্লাক্কনি।

মঙাং, লুৱাং, থুমন মাইচৌ অহুম্না অমাই (নোংমাইজিং) কোন্নৌদা পুন্দুনা কংলে থোদা পাঙনবা য়াম্না রাল্লোলনরনি। অহানবদা থুংমাবা ওইনা মাইচৌ অহুম অহুনা হুয়েল লাল্লোইননা কংলাদা কংলৈগী ঈরাং থৌনি তৌরনি।

৬। অথারম থাদোইগী লিক্লাং লৌবা :

থারম ঈপু থাদোইনা মরাংজিং সুংগায়রক্লা থনম্বা নোংথৈ লিক্লাংবু থুমন মাইচৌ অমনা শিরগা য়াঙ্গোই থোঙ্গারকহুনা অথাঙম্বা কোন্নৌদা কংলা থৌরমবু শরুক য়ারনি।

মীক্তা য়ুরান চঙবা হেল্লক্লবা, কৈথেল তোয়না কায়রবা, লৈবাক রাথোক য়াম্লনি শাবাও-লানবাও কল্লনি।

৭। সুংজেং কোনদা (পুখ্রিদা) পাখঙবনা থেক-লাওবা :

কংলা সুংজেং কোনগী ঈয়্রায়দা ঈবুধৌ পাখঙবনা কোন্নৌ ১৪ নি থেক লাওহুনা লৈবাক অৱাবা ওইগনি। মঙাং লুৱাং

তাইনবা নত্রগা খুমন ইন্নুংয়াইদা ঈবুধৌ পাখঙহনা থেক লাওবা হৌগনি। লৈবাকী অখঙবন্ন থুপখিগনি অহৈবন্ন তাঙগনি। খঙদনা অখঙ শাত্নুনা কংলা খোৌরন তৌত্নুনা তরা খৈয়োম থারবদি ঈবু ওত্নুনা শিগনি।

চীংঙ খোংনাং থাবগী লাংওন্না কংলা খোৌরম তৌত্নুনা ঈবুধৌ পাখঙববু ঙমদাইরনি। নহাল নোংগী মলোম্না হৈনা ঙমদাইদ্রবদি ইরমংম পামমুববু মীবমদম ওইখিনি। কংলগী ঈপা-ঈপু, লাই-কুরু, অখঙ-অহৈশিংনা হৈনা ঙমদাইবঁয়ু।

নোংচুপ লোইবী চিঙদগী লোবমায ৩, ৫, ৭ নত্রগা ৯ ফংবদগী লা'জ ঈহৌরকতুনা নোংপেক হারম পাংনা চেন্থরকতুনা লম্নেন মাক্লং থুনয়াইদা হৌবা পাংমল হৈবী (খোংঙাখুল তেবীপাগী লাংওন) ফুক্লগা লাইজ ঈরোনম্নুংদা লুপখিনি। মতম অসি য়োবকলবদি মালেম অহোংবা লাকঅনি।

৮। মালেম য়েন্দেম্বা :

মতমগী য়াওন তুংইন্না অন্নুম চাওখং লনজেন তান্নরকপনা মালেমসিদা লৈপাক অমগা লৈপাক অনগা নিঙাই শংদান্নরকনি, হাংন-শুনবা তোয়রনি, মীফা মীপুন কন্ননি, শাবাও লানবাও তোযরনি। মায়কৈ মরি শুংতাইং নিপাল হাইরোক তরাতরুকমক ইখঙ-খঙহৌদনা ইরাই কোরৌগী খুমন ইন্নুংদা মালেম থক-খা য়ুহার হাগনি।

ঈপু চিঙ্গাংবম মোইয়ানা লাংওনবা হৈনৌ খোঙনেম্বী মায়কৈ ৪ লোওবা মশাহুনা ম্নালেম লৈদা তারবদি চক যুগ লোইরে থংঙো। হৈনৌ খোঙনেম্বীগী মায়কৈ মরি লোওবা মশানা থাদা, অরাংদা, নোংপোক্তা অনম্থং নোংচুপ্তা ম্নালেম লৈদা তারবদি মাইকৈ অহু অর বা তাগনি থঙঙো।

## মৈরেন মিঙ্খোয়েন

হুঁ লাইনিংথৌ লাইরেম্বী
তরুং লাইজনা ঈখোম্বী
নোংখম তবা মীচেংবী
হে, চীংঙ্গুবা খোইয়ুমবু
লাইনিংথৌ লাইরেম্বী
হে, তম্ফা রাংঙমলোনবী
চীংঙ্গুতনা খোইয়ুম লাইরেম্মা
চীংঙ্গু খোইমোম লাইরেম্বী
তম্ফাতনা রাংঙম লোনবী—ও
খোইয়ুম অথোংপা—ও
এসহৌডে খোয়রা ঈবু
মীনোংথৌ মীকাপা তাউ—ও ॥
নদাইরেম রাংমচানা
খুবাক চাংচৌ তরাবু লোমহনা পুনেমজরিব
পসেম ইমা ইবেম্মা কুবিয়ো
নপারি রংম নদাইরেমচানা
পুনেমজরকে, খুবাক চাংজৌ তরা লোঙ্মা
চিঙ্গোইজরকে কুবিয়ো
তাইজরকে কুবিয়ো ॥

পলেম ঈমা ইবেম্মা
শিদবা নপাল থাবী
নাদবা নউ লিংবী
উং—হৈ, হায়নস্থ মিঙৌজরগে
উম, হায়নস্থ মিঙৌজরগেনে
এ, হায়নস্থ য়াকাইজরগেনে ॥
উম, হায়নস্থ অস্থম
য়াবা চিঙোইজরগে
পাওদম্নগেনে, নদাইরেম বাংমচানা ॥•
ঙসি কোরৌ নোংমগী
শৈরেং ইরোল য়াবা কাঙলবস্থ
লোইবা খম্বা নাইরোইয়ে,
নোংদম তমফা বাঙমলোনবী
পলেম ঈমা ইবেম্মা
শিদবা, শিদবী মউ লিংবী
নাদবা মপাল থাবী
মায়কৈ মরি, পাল নিপাল
শুংদাই মাপলমকপু
ফিজি নাচি কাঙবদা
উবা ওম্বা, পলেম ঈমা ইবেম্মা ॥•॥
ঈরিলদা শাথৌবী
নম্বুলদা শাফাবী

নোংবু চুদনা শাইচোংপী
মুংশাস্থ শাদনা শাইগংবী
পলেম ঈমা ইবেম্মা,
শিদবা মউ লিংবী— ও
উম, ক্বায়নস্থ মিঙ্গৌজরগেকো
পলেম ঈমা ইবেম্মা
হায়নবুস্থ মিঙ্গৌজরগেকো
উম, হৈ, উম, হৈ, উম, হৈ ॥০॥



# লাইনিংথৌ য়াকায়রোল

হুঁ খোইয়ুম লাইনিংথৌ,
মালেম নোংবু লৈতরিঙৈদে লৈরকপা
কোরৌ নোংবু লৈতরিঙৈদে লৈরকপা
হে, লাইনিংথৌ ।।•।।
মালেম নোংবু শেম্বা — ও
কোরৌ নোংবু লৈতরিঙৈদে লৈরকপা
হে, ঈপা ইবুংঙো ।।•।।
মালেম নোংখোঙ কোয়বা হায়নস্থ মিঙৌগে
কুপত্রেং হায়নস্থ মিঙৌগে
হে, লাইনিংথৌ ঈপা ইবুংঙো ।.•।
নদাইরেম য়াংমচানা
থুবাক চাংজো তরা লোম্না
হন্না, হন্না পুনেমজরকে ; কুঁখিয়ো ।।•।।
হে, লাইনিংথৌ ঈপা ইবুংঙো
হে, লাইনিংথৌ
হুঁ লাইনিংথৌ ঈপা ইবুংঙো
মালেম নোংখোঙ লৈথক লৈখাবু
কোরৌ নোংমদা তরেংলক কোয়বা ঙম্বা ;
ঈপা ইবুংঙো কোংবা লময়েংববু হঞ্জিনবীরকএদনা

কোংবা তুশেং-লৈশেংঙ্বু য়াজোই খোংগাবিরকএদনা ॥০॥
পলেম ঈমা ইবেম্মা, পস্থৌ ঈপা ইবুংঙো
অনিবু পুল্লগা, পস্থৌ পলেমস্থু মিঙ্গৌলবদাইদো
পলেম পস্থৌ ওইবা, হে লাইনিংথৌ ॥ ॥
লরাই কোইবী কোইরেলথক্তা
শম্লাং তাবুল পুল্লগা,
তেংবানবা মপু, কৌরবস্থু মথুম্বা
হে, লাইনিংথৌ;
শম্লাং তাবুলনা লুতুংদা পুল্লগা
পলেম ইমা কৌরবস্থু মথুম্বী ঈপা ইবুংঙো
শম্লাং তাবুলনা শমু মাঙদা পুল্লগা
পস্থৌ হায়না কৌরবস্থু মথুম্বা
হে, ঈপা ইবুংঙো
কোরৌ নোংবু লৈতরিঙৈদগী লৈরকপা
কোরৌ নোংবু শেম্ব—ও! তাউ—ও
ঈ লেংবা লাই ও! তাউ-ও লাইনিংথৌ ॥ ॥
ও, রাঙম নদাইরেম রাংমা নচু নম্বুনা
চীংঙ্ লাইনিংথৌগী সনা নখোঙথাদা পুনেমজরকে,
কুবিয়ো, তাইজরকে কুবিয়ো পস্থৌ ॥ ॥
তাইরেল লোংবা লৌনা, লাইজ থিক্লেন চাইরক্লবদা
কত্ত-হৌদি কোকথোকপীরগা,
নদাইরেম রাংমচানা খেনজরিবা

ভরা হৈপোৎ লৈপোৎ অসে লৌবীয়ো। • ॥
ঈপা ইবুংঙো লাইনিংথৌ কুরুগী থরাইমিরেনমুংদগী
হেক চোংথোকপিরকখিব',
হে, ঈপা ইবুংঙো কুবিয়ো,
ঈপা ইবুংঙো হায়নসু মিঙোয়রগেকো লাইনিংথৌ
কুবিয়ো, ঈপা ইবুংঙো, হুম, হৈ; হুম, হৈ
হুঁ হৈ, উং হৈ, হা হৈ হয়াহৈ
শিদবা মউ খোইবু লাইনিংথৌ ঈপা ইবুংঙো
চীংঙু নখোঙখাদা পুনেমজরিয়ে
কুবিয়ো হে, লাইনিংথৌ কুবিয়ো ॥ • ॥
ঈপা ইবুংঙো লাইনিংথৌ—ও, চীংঙু নখোঙখাদা
পুনেমজরিয়ে, কুবিয়ো হে, ঈপা ইবুংঙো
হে লাইনিংথৌ, নদাইরেম নমুনা পুনেমজরিয়ে কুবিয়ো
হে লাইনিংথৌ, হে নোংদম্বশা পুনেমজরিয়ে কুবিয়ো ॥ • ॥
উং হৈ, উং হৈ, উং হৈ, উম হৈ, উম হৈ, উম হৈ
হুং হৈ, হুং হৈ, হুং হৈ ॥ • ॥



# লাইনিংথৌ মৈথৈরোল

হে লাইনিংথৌ ঈপা ইবুংঙো
কোরৌ নোংবু লৈতরিঙৈদৈ লৈরকপা
মালেম লৈবু লৈতরিঙৈদৈ লৈরকপা
কোরৌ নোংবু শেম্ব—ও
ঈ লেঙবা লাই—ও, তাউ—ও
থোংয়াং পুবা লাই—ও, তাকউ—ও
নপাল খোইযুম শনিক অপিথক
ঈ লেঙবা শিংথোং বিগা য়াগনা
য়াকায়রবনে উংহৈ, উ হৈ, উংহৈ ।। • ।।
হে লাইনিংথৌ ঈপা ইবুংঙো
ঈ লেঙবা শিংথোংনা য়াকায়রবনে
উতং কাপতু হুইপা থানা
য়েংথৌ উবোং য়ুংঙৈদা
মশুমাং মাল্লায়রাং তিংতাইবা যুংতাইবা
হায়স্থ য়াল্লাবু চিঙ্গোইরগে ।• ।।
মীচিন-মীপাও, অরান—অহুইবু চক্তব—ও
শোইনাই অনম—অরান খিবিকপু
শেংদোক্লবনে, হাইদোক্লবনে
তিনশেংলবনে, লাইশেংলবনে

তিনকোক্লবনে লাইকোক্লবনে
উংহৈ, উংহৈ, উংহৈ ॥ ॥
কোরৌবু পোকপ—ও
কোক কোক কোক
হায়নস্থ মিঙ্গোরগেকো
কোক চামনা অচাম্ব—ও
লৈরুকোক নাংনা কোক্লবনে
কোকথোকচাম নংনা চামথোক্লবনে;
হে কোরৌ ঈমা, খাপি লৈমরন হনপি
অমাই মরাং লাংশাবী লৈমা শেম্বী
ফুরাম্বুপী লাইশেম্ব—ও
মিংলেনদি লংঙ্গানবী মৈতাংবী হায়না কৌএ ॥ ॥
কোরৌ ঈপানা কোক্লবনে
মালেম ঈমানা শেংলবনে
কোরৌ লৈহনলেল কিংনাইবা
হুংনাইবা হৈনাইনা তেংনাইবা
লৌমাইবা কল্লামাইবা লাংমাইবা
কোক্লবনে চামথোক্লবনে
হুং হৈ, হুং হ,, হুং হৈ,
উং হৈ, উং হৈ, উং হৈ,
নহালনোং তেংপানবগী মপুনা
শারোই লারোই, মতিন মকাংনা

মপাল কৌবা চিঙনিঙ নাংনাবা
নিঙনাং য়ামলিক অপিথরু৷
ঈনোংবা শিংখোঙ রিগা যাগনা হৌরবনে
ঈনোং শিংখোঙনা য়াকায়ুরবমে
চৌংঙু লাইশেংলবনে
উং হৈ, উং হৈ, উং হৈ ॥•॥
হৌবোনে হৌরোনে হৌরোনে
হে ইমা ইবেম্মা
য়োইবু খোহমোম লাইরেম্বী
রাংঙম তম্ফা হায়গুম্বী
খোইমোম তম্ফা রাংঙমলোন
নিংলেনবু কজেং ঙানবী কৌএ ॥•॥
ঈরৈমা ঈবু নামুংবী—ও
নোংতা তরংলেম্না তুম্বিকপী
লাইজ ঈথোইবী লাইজনা ঈরিবী
কোরৌ নোংলেন তরেৎমক্রুগী কারকপা—ও
মালেম লৈরোল ত্তরেৎমক্রুগী কুম্নকপা—ও
শজিফু মশোং নাইব—ও
নতিক-নঙাল ঙাউব—ও
হে, খোইয়ুম লাইনিংথৌ
হে, লাইনিংথৌ ঈপা ইবুংঙো
উং হৈ, উং হৈ, উং হৈ ॥•॥

———

# পান্থোইবী মিঙখেরোল (নাহৈরোল)

হুংহৈ, হু হৈ, হুংহৈ ;
হি হয়া হে, হৈ হয়া হে ;
উংহৈ, উংহৈ, উংহৈ ।।

যোইবু খোইমোম লাইরেম্মা,
তমফা (তমপা) কোয়ৌ অৱাংপী,
ৱাংঙম কোনথৈ অতামপী,
শোংলেন কোনথৈ অথোংপী,
খোইমোম লৈমরেল এন্দহৌপী,
খোইরা মরুপী কোয়ৌ মীনোংথো,
ৱাংপুল মী কাপা তাউ-ও ।।

নোংথি কোংয়াং মীচৈসু,
লোক্লৌ পল্লাং ইনমথাং অরুপী,
যোইবু তমপা ৱাংঙমলোন,
নোংতম থোঙলেন তরা মীপাই পাই,
মীংলু ঈরুথেং অচেংপী,
লাংচেং তরা মীরু থেং,
খে.ইনৌ মীরাংমৈ তাউ-ও ।।

তাইবং লীক্লেং লংঙং যাই
লৈ তরেং নোংতা লেংপী,

(চ) য়াইথোং মীথেৎপী থবাই মীয়েংকপী,
য়োইবু হাউবং খোইগুমপী;
য়োইবু নোইমু থুমলৈমা,
য়োইবু লোইমোম চেংলৈমা,
তাইবং থবাই পুম্বগী,
ফুরেন্না চাংচৌ ওইরিবী,
য়োইবু নেইনু ভারেম্মা,
তমপা নোংতম হান্নকপী,
তাইবং লীক্লেং ওইরিপী,
চিংভ সনা নুথোঙখাদা,
মানপি খুংতপনবা পুরুমজরকে,
হা উং, হা উং, হা উং ॥

য়োইবু খোইমোম লাইরেমবী
তমপা তাউতং খোইগুম্বী,
হাউং কোনবা লীককুম্বী,
চাউথোং নায়েং খোই,
লুবাই লৌশিং থোইবীনি ॥

শংলো নোংকারী, কোরৌ মীনোংচৌ—ও
অরাং কোরৌ নোংনা থাকুপা লীককুমবী—ও
তমপা নপালু উনাঈদা নবা লীচাউবী—ও
তাইবং লৈতৌরকপগী লৈচং লেনফু ওইরিবী—ও
শিদবা মপাল থাবী, নাদবা মউ লীংবী—ও ॥

তমপা নংকী য়াইকংপী
নশানা নমা ওইজবী,
তমপা শানা নখৈঙৈ
পোনশৈ ওনবা লাইরেম্মা;
পাতং তেৌরাই মেন শৈওংপপু
নতাইরেম রাঙম শৈতমপালনা,
তমপা নতেংথাবু তেংথাজরকে ॥
য়োইপু তমপা রাংঙমলোন
তমপা নংনা থরা,
তোংচেং খমনৌ নায়ুৎপা
কমপোং নাতা য়ামপা;
রাকয়ৈ নহিরনপু হোজককে ॥
তোংচেং খননৌ নখৈচনপু ইনঙমতা
রাংঙমলোন চীংঙ নতেংথা,
য়োইপু সনা নখোঙখুল
খোঙখুল লোনপু থিহুনা;
লোনয়ামপবু শক্লকে ॥
য়োইপু তমপা রাংঙমলোন
মৈতেংঙ তমপা চয়ু,
রাংকোন লাইমুরা অতেংপী
তুপী চিঙলাই লৈম';
লাইরেল কচেং ঙানপা চয়ুও ॥

তমপা কোনথাং অতামপী
শোংলেন কোনথৈ অপামপী
কোরৌ খাযতপী পলেম — ও
কোরৌ নোংনা উত্তপী;
মালেম লৈমনা নিঙতপী — ও ।।

কোরৌ নপা য়েং
চীংঙ্ নতম থান্না,
মানপী থুংতপননা
মুকমু লৈতোন কোন্না পুক্নমজ্জরক্কে;
উংহৈ, উংহৈ, উ হৈ ।।

— — —

# নোংপোক নিংথৌ মিঙখেরোল

হুংহৈ, হুংহৈ, হুংহৈ
হে চীংঙু খোইযুম লাইযুম লাইনিংথৌ
ঈবুধৌ অপানবা য়ংঙৌ থানবা-ও ॥
নহাল নোং লাইজ ঈপোম
মালং ঈপোম হৌদ্রিবৈঙে,
কোরৌ নোংমতোন অতিংকোক্লা
চৌংঙু পাইমা মনিংশানা
ময়াই তাণ্ডবল ওইনা লৈঙে,
কোরৌ করম্বা নেংহৌগবনো
মালেম কবম নৈনে মশিগবনো।
পাইমা মধীন নাইনক্লবদা
খোইমোম পাইম উনগোইম্নুংদগী,
যোইবু খোইমোম লাইয়েম্বা।
চৌংঙু নোংপোক অপানবা,
চেংলৌ মিংসনা মিংশোক্লরক্লে ॥
চীংঙু পাইমা উনগোইনুংদগী
মালং শমু খোংনা য়েংলকই,
খোইমোম লাই নামুংববু
মৈরিক চোংথোকপগুম চোংথেংক্লে,

মালং থোং ওইরগেস্ত
উনৱী মিতমা শল্লক্লে,
থোইবু ত্তেংবানবা ৱাহন্নলক্লে
ইশাৱী নংবু লাকও।।
শমু ইহকচাং য়েংলমথোংগী
খাঙ্গী মৈরাইরিককুমবা,
নোংপোক চুমপ্রক পানগীবু
পুম্না শেম্বা লৈতনা
মালেম লৈহৌ লাউ—ও
অহুম কোলোই মিংথোনবু
নোংপোক মালং হুমওইবা
কোলোই নংগী মিংলেনবা,
মালং ওইলম থোংগী
উম্নৌ কোনদে, কোম্না হুনবা নংদি,
পাইমা উনগোইমুংগীবু
অচুম্বা পরম চুম্না চৎপা—ও।।
ইশাৱী নংবু ঙসিদি
অদু নোংগী চুমপ্রম পাজলবা
হায়নবু মিংলেন কোলোই-এ।।
য়োইবু নোং অপানবা লাইনিংথৌ-ও!
চিংঙ, কোলোই নয়াথংবু পুঙমদবগী
চুমপ্রম পাজলবা হায়নস্থ মিজোগে।।

মালেম তুশেম লৈশেম্লকপদগী
নমু শলাইনা শনবা হৌত্রিভৈদগী,
কংলৈপাক কংলৈয়োনগী ২পু - ও।
নোংপোক লৈহৌ অমাইবা
হায়নবু মিংলেন কোলোইনবা-ও
চীংঙুলক্তগী অমাইবা শীঙকোক-ও
য়োইবু নোংপোক অপানবা
নমু শলাইনা শনহৌভৈদগী,
অমাইবা অমাইবী শেম্ব-ও
খোইয়ুম্বু পুবা লাই-ও।
থারি লৌতাবম্বু অহানবা
লৌয়ান লৌতাবা অহৌবা
চীংমী শক্লোন অহানবা,
মিংলেন মিংলোন মিথৈদি
শরম পাখঙবা হায়নবু
মিঙৌনবদা চীংঙু ইবুংঙো ;
য়াম্বা মনাউ কাঙলগে
য়োইবু নোংপোক অপানবা
হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ-ও ।।
চেংলৌ শক্তা য়েংলে
চীংঙুলক্তে অহেনবা ওইরিবা,
শাম্বা হুইয়েন লাল্লোইনবা

খোইয়ুমলক্তগী অথোইব-ও।
লোকমাই মাপন ফাংবা
অমাইচিঙগী চিঙখোঙদা
মৈরা চাওনা থানবা লাই-ও,
তাঙজ লিন্না খাওন্নব,
লৱাই কোইরেল লুমাঙ বু
শম্লাং তাবুলনবা
হে ইপা ঈবুংঙো ॥



লাইরিক অমিগী কংকম থোকপা হব পুম্নমক কংলৈ পুৱারী শলাই লূপকীনি ।

---

কংলৈ ঈয়েক্কা ঈপামি
কংলৈ ঈরোলনা ঈমানি
কংলৈ ঈরোল চাওথৎনবা
কংলৈ ঈয়েক চৎনবা
কংলৈ ঈপা-ঈপুগী
মায় থোঙ্গুলবু লিরসি ।।

---

মমল লুপা ৩০/-

লাইরিক ফংকম :—

১। বুক বেঙ্ক
লাইথুরেম্বী মনাক, উরিপোক কাংচুপ লম্বী, ইম্ফাল।

২। বিশেল শোপ
প্রতাপ তৌমিজ মায়োকবা লম্বী, ইম্ফাল।